


# LAMJING MEIRA

*A Monthly Journal*

SEPT.-OCT. SPECIAL ISSUE 2004

Volume–III

RNI TC No. MANBIL 00272 / I4 / 1 / 2004

***Editor:***
Luwangamba (Shivadutta) Maisnamcha

***Asst. Editor:***
L. Rajen Mangang

***Manager:***
K C Telheiba

***Design:***
H. Madan

***Staff Reporter:***
Kh Yoihenba (Hemanta) Luwang
Ng. Goutam Khuman
S. Manitomba

*For renewals publication of articles, advertisement and enquiries Please Contact -*

**Editorial Office:**
KEISHAMPAT JUNCTION
Opp. Churachandpur Bus Parking
Imphal - 795 001
email :- lamjing_meira@rediffmail.com




## মনুংগী লমায়সিংদা



অথম্নবা চেফোঙ অসিদা কলর ফোটো

কোভর ঃ পোক্রফম

মনুংগী ফোটো ঃ মাম্নবা, পোক্রফম, থৌদাং, হুইয়েন লানপাও অমদি ISTV না হাপ্পবা অয়াবা পীবীরকপগীদমক লমজিং মৈরানা থাগৎচবা-তৌবীমল খঙবা উৎচরি।

অথম্নবা চেফোঙ অসি পুথোক্নবগীদমক ৱাখল লৌসিং তাম্নজরুবা অমদি পীবীরকপাঃ-

| | |
|---|---|
| **Ningthouja Lancha** | **– Film maker,** |
| **Ratan Luwang** | **– Chief Bureau, Poknapham** |
| **Chingten Maisnam** | **– Asst. Prof., Econ. Deptt., M.U.** |
| **Laishramcha Meenabanta** | **– Former students leader & social activist.** |

মফমদসু লমজিং মৈবানা থাগৎচবা-তৌবীমল খঙবা উৎচবি।



## EDITORIAL

# AFSPA অমদি মীয়ামগী ঈহৌ

ঈরমদম মণিপুরগী মীয়াম্না থা অনী মখায় চুপ্না AFSPA 1958 লৌথোক্রবা অকনবা ঈহৈ অমা লেপ্তনা চংসিল্লক্লিবসি মালেমগী খ্বাইদগী চাওবা মীয়াম লৈঙাক (Democracy) চংপা লৈপাক ভারতকী লৈঙাক চুপ্পি পায়রিবসিংগী মফমদনি। মীয়ামগী লৈঙাক চংপা লমদম অসিগী মীয়াম্না মসাগী পুন্সিগী হক অসি AFSPA না মংশীরে, হিংনা হিংনা মীবু হাৎতেকশীবা-নৈহৎশীবা অমুবা য়ায়েন-পথাপসিং (LAW) লৌথোকশীরো-লৈপাকসিগী লৈঙাক পথাপ্পা (Constitution) শীরিবা হিংবগী হকসিং (Fundamental Rights) অসি মণিপুরদা করিগী ফংহল্লবনো, ঐখোয়বু লোই লৈঙাক্কী মীনাই নাইথাং অমগুম য়েংলিবা মীৎয়েং খাঙবা ওমদ্রে হায়বা মণিপুর মীয়ামগী খোল্লাওনি-ঈহৌনি।

ঙসিদগী চহী ৪৩ গী মমাং খৃ: কুমজা ১৯৬১ ইহান হান্না মণিপুরগী লৈমাইদা চীংগী সরুক্ত অমদি চহী ২৪গী মমাং খৃ: কুমজা ১৯৮০ দনা তম্পাক লমদা AFSPA 1958 অসি মণিপুর লৈঙাক লোয়সঙনা (সরকারনা) লালহৌবগী ঈরাং নমথনবগীদমক থমজিন্দুনা লাক্লি। এক্ট অসি লমদমসিদা থমজিল্লকপ্রবা মতুংদা সেক্যুরিটি পার্সোনেলসিংনা এক্ট অসিগী মরুমদা লমদমসিগী চীং অমসুং তমগী মরাল লৈজদবা মীওই কয়া মমাগী মথানুংদগী ফারগা পুরগা হাৎতেকশীবা, অসিবা মসা ফংদনা মাঙহনবীবা, লৈসাং তক্সদা ওইহৌরিবী চনুরা কয়াগী ঈজ্জৎ মাঙহনবীবা, মপুরোইবা লৈরবী নুপী কয়া মপুরোইবগী মমাংমতদা ইজ্জৎ মাঙহনবা, ওৎপী-নৈবীবা থৌদোক কয়া লেপ্তনা মীৎকুপ কাংদনা চথরক্লি। থৌদোক খুদিংগী য়ানিংদবগী পেন্দবগী য়াকহৎতুনা মরাল লৈবা সেক্যুরিটি পার্সোনেলসিং চৈরাক পীনবা চোকথবা নাইদনা মীয়ামগী খোল্লাও লাওদুনা, পেন্দবগী ঈহৈ কয়া চংসিন্দুনা লাক্লি। মীয়ামগী ঈহৈ নমথনবগীদমক জুদিসিয়েল ইনক্বারী (Judicial Enquiry) কয়া চথগ্রে, ইনক্বারী রিপোর্ট কয়া লৈঙাক লোয়সঙদা পীসিনগ্রে, জুদিসিয়েল ইনক্বারী রিপোর্টসিং লৈঙাক লোয়সঙসিনা থবক্ত ওহোকত্রে, মরাল লৈবা সেক্যুরিটি পার্সোনেল অমত্তা চৈরাক পীবা লৈত্রি। পুম্নমক তাবী উবীগদবা, থবক্তা ওহোকপীগদবা মণিপুর লৈঙাক লোয়শঙ অমদি ভারত লৈঙাক লোয়সঙনা তাবী উবীদনা মীয়ামগী চিন মেনসিনবীদুনা-নমসিন্দুনা থম্বীরক্লি। বৃটিস লোইনম লৈঙাকতগী-ঙসিগী ভারত পুরক্রবা চংসিল্লকপা ঈহৌদা মরাল লৈজদবা মীচম মীয়াম মরক্ত নোংমৈনা অথিনা কাপসিন্দুনা মীওই কয়া হাৎখিবগী "Jaliyanwalabagh Massacre", ঙসি ইরমদম মণিপুরদদি ওইনামলোং, হৈরঙোইথোং, তেরা কৈথেল, রিমস হোস্পিতাল, তেঙেন লমথাই, মালোমদা Jaliyanwalabagh থৌদোক AFSPA না সেক্যুরিটি পার্সোনেলসিংদা মথৌ হাপ্তুনা চথহল্লি। "Malom Massacre" গী থৌদোকসিদগী লমদমসিদগী AFSPA 1958 লৌথোকউ-অমুবা য়ায়েন-পথাপসিং (LAW) লৌথোকউ হায়বগী পান্দমদা ইরোম চনু সর্মিলানা সিত্রিফাওবা চরা হেনবগী খোঙজং চংসিল্লক্লি, নোংমদগী থাকুম, থাবুমদগী চহী, ঙসিদি চহী ৪ ফাজিল্লক্লে, AFSPA লৌথোকত্রি, মথং মথং মীহাৎ-মীপুন,মীওৎ-মীনৈ লেপ্তনা চথরি।

AFSPA লৌথোক্রবা, মীয়ামগী পেন্দবগী খোল্লাও-খোঙজংনা লেপ্তনা চথরিঙৈ মরকসিদা, সেক্যুরিটি পার্সোনেলসিংনা লৌবুক্তা থবক সুবা চৎখিবা পাষ্টর জামখোলেট খোংসাইবু মীনুংসি য়াওদনা হাৎতোক্লগা ফুমজিল্লগা থনম্বা অমদি লালহৌবনি চিংনৈ হায়বগীদমক ময়ুমদগী মীফম-চে (এরেষ্ট মেমো) পীরম্লগা এআরনা ফাখিবা থাংজম চনু হেম্বোইবু (মনোরমা) নুপী ওইবীগী ঈজ্জৎ মাঙহল্লগা নোংমৈনা কাপ্তুনা হাৎতোক্লগা লংসেক্লম্বা থৌদোকসিনা মতম কুইনা পেন্দবগী মৈচাক ওক্লবা মীয়াম খাঙবা ওম্বগী পাঙ্গল লোইত্রমাল্লে-থৌদোকসিং য়েংবা ওক্লত্তবদগী মীয়াম পুনসিনখি, অপুনবা লুপ(৩২) সেমখি-AFSPA লৌথোক্রবা মীয়ামগী অরৈবা থৌনা পাঙ্গল ফুদোরকখি, হিংবা-সিবা অনীগী অয়োইবা লানফম থেংননবা ঈহৌ হৌরকখি, খোঙজং কয়া চঙসিন্নরকখি। কংলাগী নোংচুপ থংবা সন্নখোঙ, আসাম রাইফলস গেট অ ইমা লুচিংবী ১২ হকচাংদা ফি মচেৎ অমত্তা খোংদনা ঐখোয়কুসু ননিং তক্সা হাৎলো হায়বা খোল্লাওদা খোঙজং চঙসিনখি। লমদমসিগী চনু নিংঙ্গোলগী থৌনা-লিংজেল

মালেমগী মীয়ামদা উংখি, ঈহৌ হৌরিবা মীয়ামদা থৌনা পাঙ্গলগী ঈনোৎ অমদি মথৌ হাপখি। মণিপুর সিনবা থুংনা মীয়ামগী খোঙজং লেপ্পা লৈতনা মসা মসাগী হক কঞ্জনবগীদমক চেংথোরকখি। সেক্যুরিটি পার্সোনেলসিংনা ঈহৌ নমথনবা-অথিংবা পীদুনা ফুবা-চৈবা-ফাবা, টিয়ার গ্যাস, রব্বর বুলেট অমদি লাইফ রাউন্দ নোংমৈনা কাপ্লকপদা মীয়াম অকিবা পোকখিদে, মাইয়োং য়ানা থেংনখি, MAFYF Volunteers মঙানা পেট্রৌল হৈরগা মসা মথন্তা মৈ থাদুনা সিজরগে হায়বগী খোঙজং চিফ মিনিষ্টর বঙ্গলো মমাংদা চংসিল্লকখি। ঈহৌ হৌরিবা মীয়ামগী লুচিংবা কয়া এনএসএ পান্দুনা ফাজিন-পুনসিল্লকবদা, ঐখোয়গী মহৈরোয়সিং,-ঐখোয়বুসু এনএসএদা ফবীয়ু, এনএসএবুদি AFSPA না কিজে, মৈরিনুংদা লাইরিক তম্না য়াদ্রে হায়না লৈঙাক লোয়সঙদা তম্নবা লাইরিক পীসিন্নরকখি। লাইরিক তম্না লেপখি। মীয়ামগী ঈহৌ থেংনবদা মণিপুর লৈঙাক লোয়সঙ থক থক নিকখি, ভরত লৈঙাক লোয়সঙ মীপাইহনখি, মণিপুর লৈঙাক লোয়সঙ উপাই লৈতবগী ইন্দিফিনিট কার্ফিয়ু থমজিন্দুনা ঈহৌ লাকসিন্নবা হোৎনখি। মওং চাদবা থৌওংদা লৈঙাক লোয়সঙনা খুদক্তা কার্ফিয়ু থমজিল্লকপদগী খোইরেন মসা পায়বগুম পায়নদুনা ময়ুম-ময়ুমদা হুন্নবগী থৌরাং, মীপাইনবা মরক্তা চহী অহুল ওইরবা ইফালদা পেন্সন লৌবা লাকচবা রাবগাই হিয়াংলমদগী সুর্জ্যা (৬৭) পুন্সি পীখল্লহনখি। মীয়ামগী ঈহৌসিদা মাংজিন থানা চেংথোক্নুনা সরুক য়ারুবদা কৈবি তরেৎখুনদগী ইনখৎচরকপদা ঙাইরিবী মেমিতা চনু (২৫) সেক্যুরিটি পার্সোনেলসিংনা কাপ্লকপা টিয়ার গ্যাসকী চৈনাখোল রানা খাংলল্লগা ঈহৌসিগীদমক থরায় থাখি। ঈহৌসিদা লমদমসিগী তুম্বা কাইরবা নোংসা অমা চেংথোরকখি, AFSPA গী মখাদা সিগদৌবগী সরুক - AFSPA লৌথোক্লবগীদমক মীৎকুপ অমত্তং মনিং তম্না লাওজরল্লগা লমাংদোং কৈথেলদা মহৈরোয় লুচিংবা অথৌবা পেবম অমুজাও (চিত্তরঞ্জন) কেরোসিন হৈজিন্দুনা মসা মথন্তা মৈ থাজরগা, ঈহৌসিগীদমক মাং থানা থরায় থাখি। মহাক্কী কৎথোকপগী থৌনা লিংজেল মালেম থক থক নিকহনখি, মালেমগী পুন্নরীদা খ্বাইদগী রাংবা কথোকপা-থৌনা ফবা ওইনা সিংথানহৌরগনি।

AFSPA লৌথোক্লবা চংসিল্লিবা ঈহৌসিনা মালেমগী মীয়ামদা মণিপুর মীয়াম্না থেংনরিবা চহী কয়াগী মীওৎ-মীনৈ, মীবু হিংনা-হিংনা ফারবা মতুমদা হাৎপা, অসিরা মসা ফাওবা সিং পাও পীবা ওগ্রে। ঈহৌসিদা মালেমগী মীয়াম্না ঐখোয়গীদমক অৱাবদা সরুক য়ারি, পেন্দবা ফোঙদোক্লরি, ইন্টরনেসনেল হ্যুমেন রাইট্স বোদি কয়ানা ভারত লৈঙাক লোয়সঙদা AFSPA লৌথোক্লবা লেপ্তুনা তকসিন্নরক্লি। লমদমসিদা চংসিল্লিবা ঈহৌসিগীদমক ভরতকী মরুওইবা মফম কয়াদা, নোর্থ ইষ্ট রিজন্দা নুপীগী ওর্গেনাইজেসন কয়ানা, তোঙান-তোঙানবা প্লেটফোর্মদগী চেংথোরক্নুনা ঈহৌ অসিদা সরুক য়ারি, থোইদোক্লা মালেমগী সক্লাইরবী অইবী Taslima Nasreen য়াওনা কোলকটাদা ঈহৌ চংসিল্লকখি। ঈহৌসিগীদমক অন্ধ্র প্রদেসতা পীপলস রার গ্রুপ্না সেপ্টেম্বরগী ২৫ দা নোংমগী ওইনা অন্ধ্র প্রদেস বন্দ তৌখ্রে, নোর্থ ষ্টুদেন্টস ওর্গেনাইজেসন (নেসো)না লাক্লিবা ওক্টোবর তাং ৫ দা নোর্থ ইষ্ট রিজনগী নোংমগী বন্দ তৌগদৌরি। ভরতকী পোলিটিকেল পার্টি কয়া, মরু ওইনা লেফ্ট ফ্রন্টকী সিপিএম, আরএসপিনচিংবনা এক্ক অসিগী মাইয়োক্তা লেপ্লক্লি-লৌথোক্লবগী রাফম পুখৎলক্লি। ঈহৌসিনা দিল্লিবু কোক চিকহনবদি ওগ্রে।

মীয়ামগী পেন্দবগী ঈহৌ অসি ভরত লৈঙাক লোয়সঙ অমদি মণিপুর লৈঙাক লোয়সঙনা পুকচেল সেংনা লেইসিন্নবগীদমক AFSPA অসি তঞ্জয়ফদনা লমদমসিদগী লৌথোকপা তই। POTA গুম্না অমদি লৌথোক্লবা পার্লিয়ামেন্ট য়ৌনা খন্ন-নৈনরগা, POTA দগী হেন্না অথিবা AFSPA কররিগীদমক থল্লিবনো? লমদমসিগী মীয়ামসি ভরতকী মীয়াম ওইনা মসিং থবিদ্রিবা কররিগীনো? হায়বা রাহংসিংগী পাওখুম AFSPA লৌথোক্লগা খুম্নিবগী মতম য়ৌরে।

অমরোমদা অপুনবা লুপ (৩২) না AFSPA লৌথোক্লবা মীয়াম্নু লমজিংদুনা চংসিল্লিবা খোঙজংসিদা মীয়াম্নু অচৌবা থাজবা অমগা লোয়ননা তুং ইল্লক্লিবসি মাংহনবীদনা AFSPA অসি লৌথোক্লবা মখা তানা মায়য়োং য়াবা তই লোয়ননা অপুনবা সত্তমদা মখা তানা, তুং কোয়না চৎমিন্নবগী থৌরাং অমসু পায়খৎহন্নিংই।

(Luwangamba Maisnamcha)
Editor, **Lamjing Meira**

**AFSPA লৌথোক্লবা, মীয়ামগী ঈহৌ চংসিনবগী তোঙান-তোঙানবা খোংজঙসিং-থৌদোকসিং মালেম মীয়ামদা মরিক চুম্না পাও পীবীখিবা, হকথেংননা মীৎমাংদা উহন্দুনা ঈ-পাও সন্দোকপীরিবা লমদমসিগী পাওমীসিং অমদি মপাল লমগী তোঙান-তোঙানবা টিভি ন্যুজ চেনেলসিংগী পাওমীসিংনা লৌখিবা থৌদাং মীয়াম্না কাওফম থোক্তে॥**

# হায়র এদুকেসন্দা সরকারগী মীৎয়েং থৈরকপা; করিগী, কনাগী?
# Is Higher Education A Non merit Good ?

চীংলেন মাইস্নাম

অওনবা অহোংবা খুন্নাই অমা পুরক্কবা হোংনবদা হায়র এদুকেসন্না লৌবা থৌদাং অসি অমুক নৌহৌনা পল্লুদ্রবসু পুম্নমক্কা খঙনরে। **(লৈপাক অমগী খুন্নাই অমগী তুংগী য়ুম্ফম সাগৎপদা অমদি সোসিও কলচরেল অমসুং ইকনোমিক দিভলপমেন্টকী মায়কৈ তাকপদা হায়র এদুকেসন্না লৌরিবা থৌদাং অসি য়াম্না চাওই।)** হায়র এদুকেসনগী দিভলপমেন্টকা লৈপাক অমসুং সেন থুমগী দিভলপমেন্টকা য়াদবা অচেৎপা মরি লৈনৈ হায়বসি ৱার্ল্ড বেঙ্ককী দোকুমেন্ত কয়ামরুমদসু খুদমগা কোন্নানা উৎপা থেংনৈ। **হায়র এদুকেসন দি লেসন্স ওফ এক্সপারিয়েন্স** (১৯৯৪) হায়বা ৱার্ল্ড বেঙ্কনা ফোঙবা দোকুমেন্ত অমদা অসুম্না পল্লি : "Higher Education is of paramount importance for economic and social development.... investment ın higher education contributes to increase in labour productivity and to higher long term economic growth." রস্কিন কলেজদা পীবা লেকচর অমদা বৃটিস প্রাইম মিনিষ্টর তোনি ব্লেয়ারদা মহৈবোইসিংনা মহাক্কী সরকারগী প্রাইওরিতি করি করিনো হংবদা মহাক্না মহাক্কী সরকারগী প্রাইওরিতি অহুম্নি, অহুম অদুদি **'এদুকেসন, এদুকেসন, এদুকেসন'** নি হায়না খুমখি। মহাক্না মখা তানা ফোর্মর আমেরিকান প্রসিদেন্ট বিল ক্লিতন্না তোয়না পনবা ৱাফম "... the doors of higher education will be open for all" অসিবুসু কোত তৌবগা ইরোইননা মহাক্কী সরকারনা হায়র এদুকেসন্দা অখন্নবা মীৎয়েং থম্নগী খুদম উৎখি। পনবা য়াবদি কেপিটেলিজমগী মেকানি হায়নরিবা ইউ এস এদা ফাওবা প্রাইবেট য়ুনিভর্সিটিসিং ফেদরেল গর্ভনমেন্টনা চাওনা ফন্দিং তৌদুনা য়োকখৎলি। সম্না হায়রবদা এদুকেসন্দা থাদরিবা সেনফম অসি **এক্সপেন্দিচর নৎত্তে, ইনভেসমেন্তনি** হায়বগী খুদম্নি।

অদুবু ভারত্তদি ১৯৯১ দা নিও লিবরেলিজমদা য়ুম্ফম ওইবা অনৌবা সেন-থুমগী থৌসিল লাওথোকখিবা হেক মতুংদগীদি এদুকেসন সেক্তর মপুংদা হায়র এদুকেসন্দা য়েংবা সরকারগী মীৎয়েং অসি য়াম্না হোংখ্রে। তৌবগীবুদি এদুকেসন হায়বসি খুন্নাই অমগী সুপর ষ্ট্রকচরগী মরু ওইবা সরুক অমনি, মরম অসিনা লৈপাক-লৈঙাক পায়রিবা কাঙলুপ অদুগী কান্নবগী মখাপোন্না মসিগী লমচৎ অমসুং পান্দম দি পুৱারীনা খুদমনি। মহাভারতকী ৱারীদা ংথৌমচা পুম্নবুদি খুৎলায় তম্নীরগা একল্যাবিয়াবুদি তম্নীথিদ্রিবদু ---- মতমদুদা লৈরম্না কাঙলুপ নাইবা মহৈ মতম্নী অদুননি। লোন্না তম্নস্নগী চৈরাক ওইনা খুবী কক্কুনা পেতেন্ত ফি পীখিবনি। মৈদিংঙু গরিবনিৱাজগী সনা হাক্তক্কা অরিবা পুয়া ময়াম অমা খোমজীল্লগা মৈ থাদোক্কুনা মাঙহনখ্রিবা অদুসু লৈপাক-লৈঙাক পায়রিবা কাঙলুপ হায়বদি রুলিং ক্লাসকী মতমদুদা লাকখিবা তঙাইফদবা কয়া অদু য়েংলগা তৌবা ওইরম্নসু য়াই। মহৈ মসিংগী থৌসিলগা লৈঙাক চুপ্পি পায়রিবসিং অদুগী অখন্নবা পোলিটিকেল ৱীল অদুগা অনি অদু পুন্না চৎমিন্নে হায়নবগী খুদম অসি হায়র এদুকেসনগী লমদদি য়াম্না ময়েক সেঙনা উৎথোরকপগুম তৌরে।

মতাং অসিদা একাদেমিক সার্কলদা এন্তিবাইওতিক্কুম পোপুলর ওইরক্লিবা ক্বালিতি এদুকেসনগী খোল্লাওগা সরকারগী থৌসিলদা হোংলক্লিবা মায়ওন অসিগগী মতাঙদা খরদং লৌখৎতুনা থমজগে। **ক্বালিতি, ক্বালিতি, ক্বালিতি ----- ক্বালিতি এদুকেসন! হোয়, অদুবু কনাগীনো, করিগীনো?** ৱাহং অসিগী পাওখুমদি অমগা অমগা মান্নদে, নুংগী ৱাখল্লোল খেন্নবগী মতুংইন্না ৱাহল্লোকসু খেন্নে। ১৯৮৬ তা ভারত সরকারনা লাওথোকখিবা 'অনৌবা মহৈ মসিংগী থৌসিল' অদুসু ক্বালিতি এদুকেসনগী মীংদনি। রুলিং ক্লাসকী মতমদুদা লাকখিবা তঙাইফদবা কয়া অদু য়েংলগা অনৌবা থৌসিল অদু লাওথোকখিবনি। মীরৈবাক্কী খুৎসাদা য়ুম্ফম ওইবা, মীরৈবাক্কী সেন অমসুং অকে অমৌগী

চনখিবদু ২০০২ (দিসেম্বর ৩১) দা ২৯০৭৩ দা হুহরে। অমরোমদা মহৈরোইগী অপুনবা মসিংদা হুহরক্লিবসিগী ওন্ন-তৈনবদা মহৈরোইসিংদগী লাকপা ইনকমগী চাংদি হেনগৎলকপা থেংনৈ। খুদম ওইনা মণিপুর সরকারগী কলেজ ২৮ গী মহৈরোইসিংদগী লাকপা অপুনবা ইনকম অসি ১৯৯৭-৯৮ দা লুপা লাক্ষ ২৫.৭৩ থক্তমক লাকখিবদু ২০০২-০৩ দদি লুপা লাক্ষ ৩৭.১৩ দা হেনগৎখি। হেনগৎলিবসি চাদা ৪৪.৩০ নি। সেল্ফ ফাইনান্সিংগী অহানবা ফেজ হৌরকপগী খুদম ওইরমাল্লে। হায়র এদুকেসনগী তুংগী লাইবক লেপ্লদা সরকারনা হাকথেংননা থৌদাং লৌনিংদ্রে হায়বগী খুদম উৎপা হৌরকপনি। ব্লারোইসিন ওইনা থমজনিংবদি ---- গ্লোবেলাইজেসন অমসুং কম্পীতিসনগী মালেম অসিদা ময়াদা মৈ হৌবা সাইন্তিষ্ট অমসুং স্কোলার কয়া পুথোক্তুনা মালেমগী চাওখৎ লমজেলদা লম্বা পারুনবগীদমক সেম সান্নবগী থৌরাং তৌগদৌরিবা ঐখোয়গী য়ুনিভর্সিতি অমসুং কলেজসিং অসিনা ফন্দগী ইকং থোক্তুনা ফমসেন্নবগী থাক্তা লৈরগদি খুন্নাই অসি মাংদা চৎলু য়ারোই। হায়র এদুকেসনবু নন-মেরিট সার্ভিস ওইনা লৌরিবা রুলিং ক্লাসকী 'লৌ' চেকসিনসি। সরকারগী খুৎতা রিছোর্স লৈতে হায়রিবসি 'তাৎনি' 'খুৎসেম্নি'। সরকারদা লৈত্রিবসি রিছোর্স নৎতে, "মীয়ামগী মরুপ ওইবা পোলিতিকেল ব্লিল অদুনি"। মরম অসিনা 'ক্লালিতি এদুকেসন ফোর ওল' গী পান্দমদা থাজবা পুম্নমক পুনসিন্দুনা অসোইবা অরানবা থৌসিলসিংগী মায়োক্তনা থেঙনবগী ফিরেপ লৌরসি।

# THE ARMED FORCES SPECIAL POWERS ACT, 1958

**Desk View**
**Lamjing Meira**

## ব্রাহৌদোক ঃ

হৌখিবা জুলাই থাগী তাং তরাগী নুমিদাং নোংয়াইদা বামোনকম্পুদা লৈবা লৈখিদ্রবা থাংজম বিরহরিগী মচানুপী চহি ৩২ সুরবী থাংজম মনোরমা চনুবু ১৭ সুবা অসাম রাইফলস কী লাম্মী খুৎপু অমনা ফারগা পুখি। লাম্মীসিং অদুনা য়ুমগী থোংজাউ অদু থুগাইরগা চংলকখি। চংলক্লগা লৈরম্না মী পুম্নমক ফুখি। মনোরমা চনুগী মৌপ্পা অনি, দোরেন অমসুং বাসুবু মথোং মরম খঙদনা পংফু ফুখি, পংকাউ কাউখি। মনোরমাগী অহল ওইরবী মমা খুমনলৈম-মকপুসু খুৎপাক্লা থাখি। লাম্মীসিং অদু মনোরমাবু মাগী তুমফম কাদগী মসম খুদাং য়েৎতুনা চিংথোরকখি। অহল ওইরবী মমা অমদি মৌপ্পাসিংগী মমংদা কাউবগা থিনবগা তৌবিখি। নুপীনি হায়বগী সেম্না মফে অমা য়েংবিবগী মওং লৈখিদে। খ্বায়দগী ঙকপদি লাম্মীসিং অদুগী মরক্তা নুপী পুলিস অমত্তা যাওবমদবা অদুনি। ঈন্দিয়াগী খ্বায়দগী ব্রাংবা ব্রায়েনসং, সুপ্রিম কোর্টনা AFSPA কী মখাদা লাম্মীনা থবক তৌবদা ইনগদবা "Dos and Don'ts" তা নুপীগী মসাদা থি হুন্নদা অমদি নুপী ফাবদা নুপী পুলিস খক্তনা তৌগদবনি হায়না ইরিবনি। কাওবা থিনবা খরা তৌরবা মতুংদা মনোরমাবু মপান্দা পুথোকখি। মপানদা পুথোকপ্লবা মতুংদা লাম্মী খরনা খুদৈ ফদি অমগা ঈশিং বারতিন অমগা পুথোকখি। মদু মনোরমাবু ঈসিং হৈদুনা ব্রাহং পাউহংবগী মওংনি। মসিগী মতুংদা ঙহাক লৈরগা লাম্মী অমা চংলক্তুনা হৈজ্রাং অমা লৌরগা অমুক থোকখি। মতম অদুদা মনোরমাদি সুমাংদা তন তোৎপগুম তোৎলিবনি। ঙহাক লৈরগা হৈজ্রাং অদু ইমুংদা পিরবা মতমদদি ঈ তৈরকপদু মৌপ্পাশিং অদুনা উখি।

পুং অমা হেন্না শুমাংদা মনোরমাবু নৈথৎলবা মতুংদা লাম্মী খরা ইমুংদা চংলক্লগা মনোরমাগী মপোকপী খুমনলৈমদা মচানুপীদু ফাদুনা পুবা তারে, হয়েং অয়ুক কংলাদা উনবা য়াগনি হায়রম্মী। কংলাদা লৈবা অসাম রাইফলস কী 9 Sector গী হেদ কারটরসতা মনোরমাবু পুগনি হায়বদুমক্ AFSPA কী Section 5 কী মাইয়োক্তনি। Act অসিগী মতুং ইন্না বামোন কম্পুদগী খ্বায়দগী নকপা পুলিস ষ্টেসন, ইরিলবুং পুলিস ষ্টেসন্দা লাকউ, উনবা য়াগনি হায়রমগদবনি। লাম্মীসিং অদুনা মী ফাবগী মীফা-চে (Arrest memo) অমা লাম্মী অহুম্না সোই তৌরগা পিরম্মী। মদুদা সুরেস কুমার, হবিল্ডার (Rifle No 173355) টি, লোথা, রাইফলমেন (Rifle No. 173916) অমসুং অজিৎ সিংহ, রাইফলমেন (Rifle No. 173491) না সোই তৌই। মীফা-চে অদুদা ময়েক্ সেংনা পল্লিবা ব্রাফমদি মনোরমা, য়াওল-লুপ PLA গা মরি লৈনৈ হায়না চিংনৈ অমদি মঙোন্দগী পোৎ-চৈ খুৎসু-খুৎলাই, চে-চাং অমত্তা ফংদে হায়বসিনি। মীফা-চে অদুদা মনোরমাবু কোঁপোরেলগী ফম কারবীনি, বোম এক্সপার্টনি অমদি লিলোংগী বস অমসুং বোম পোকখায়হনখিবা অদুদা য়াওখি হায়বনচিংবা অমত্তা পন্দে। ইমুংগী পোৎ-চৈ অমত্তা মাংদে অমসুং পোৎ অমত্তা য়ৈখাই-থিনগাইবসু তৌরমদে হায়না ইরগা ইমুংগী মীবুসু সোই তৌহল্লি। মনোরমানা সেৎপা ফনেক অদু লৈখোম লৈনাং তৈরে হায়দুনা ফনেক অহনবা অমসু হোংদোকহল্লগা মহাকপু পুরগা চৎখি। ১৭ সুবা অসাম রাইফলসকী কাংবু অদুগী মরক্তা মীতৈরোল ঙাংবা মীতৈমচা 2/3 সু য়াওই হায়।

লাম্মীসিং অদুনা য়ুমগী অকায় অতোই অমত্তা থোকহল্লম্না লৈতে হায়না য়ুমগী মীবু সোই তৌহল্লবসু আগষ্ট তাং ৫ দা ইরিলবুং পুলিস ষ্টেসনগী এ এস আই, মাইবম নোংয়াইনা C. Upendra Commission দা পিবা জবান্দদি থোংজাউ অদু হং য়াওনা কায়রম্লে অমসুং থোংনাও অমসু থুগাইরমলে হায়খি। মনোরমাগী ইমুংগী মীওইসিংনা লৈকাইগী মী অমসুং মৈরা পাইবী ময়াম খোমখি। মীয়াম পুম্নমক্তা নোংয়াই মতুং পুং 2/3 তারে, হয়েং অয়ুক ইরিলবুং পুলিস ষ্টেসন্দা ময়াম চৎলগা তানরুসি হায়নবদগী পুম্নমক নোঙানবা ঙাইনখি।

অদুবু নোঙাল্লগা জুলাই তাং ১১ গী অয়ুক ঙন্তাদা ঙরিয়ানগী মরিং খুল মনাক্তা নুপী অমগী অসিবা হকচাং অমা তাদুনা লৈরে হায়বা তানরকখি। অসিবা হকচাং অদু মনোরমা ওইরমখি। অহানবা হেক উহৌবা মীনা হায়নবদি অসিবা হকচাং অদুদা ময়েক সেংনা উবা নোংমৈ মখুন অসি মঙাদগী তাদে হায়। হকচাং অদু উবদা রেপ তৌবিখিবগী মওং মাল্লম্মী; ফৈগল মনুংলোমদা থাংনা থুমনা থিনবগী দাগ লৈ; নংগলদা খুজিললনা করাম্না মওংদা ফৈনা ফৈনা খোৎখিবগী মমি কয়ামরুম তাই। খোমজিলসু চীকখাইখিবদৌনা পুমতোই তোইবগী খুদম লৈ; ফিনুংগী হকচাংসু সকওং কায়; তুংলোমদগী ফিনুং হকচাং তমনা কাপসল্লকখিবগুম্মা মফম অদু মওং খঙদনা সিংনা সারম্মী।

[অহানবা দাক্তরগী পোষ্ট মোর্টেম রিপোৎতা রেপ তৌখি হায়বগী চপ চাবা প্রমান লৈ হায়না ইদে। হকচাং থোং অদুব্রাইগী ঈ নাই লৌরগা কোলকত্তাগী ফোরেনসিক সাইন্স লেবোরেটরিদা থাখি। অচুম্বা রিপোর্ট লাক্কনি হায়বা কনানসু থাজনদে। অদুবু মীচম মীয়াম্নদি মনোরমাবু রেপ তৌরবা মতুংদা হাৎপিখিবনি হায়না থাজনৈ।মীয়াম্না চিংনরম্বগুম্না August ২৫ দা কোলকত্তাগী ফোরেনসিক সাইন্স লেবোরেটরিদগী থারকপা রিপোর্ট অদুদা মনোরমাগী পেতিকোত্তা নুপাগী ফম্বী পক্লমলে হায়বগী খুদম ফংলে হায়না কমিসনগী চিয়ারমেন সি উপেন্দ্রনা পাওগী মীফম অমদা লাওথোকখি। নমদুনা পাদোংবা,—রেপ হায়বসি নুপাগী ফম্বী নুপীগী হকচাংদা ফংবা ঙাক্তনা রেপ কৌবা য়াদে, কোন্দোম সিজিন্নরগা পাদোংবসু য়াই হায়না ইম্ফালদা ফোংবা ইংলিস পাউ-চে অমগী ইডিটোবিয়েলদা ইখি। Indian Penal Code তসু রেপকী ব্রাহ্মছোক অসি নুপাগী ফম্বী ফংবা ফংদবগা মরি নৈনহন্দে; ইচম চম্না নুপাগী ফিনুংগী হকচাংগী সরুক খরা থিংজিল্লম্বখক্তনা রেপনি হায়বা য়াই হায়রি।]

অদুবু খ্বায়দগী ঙকপদি নুমিৎ অদুগী নুংদাংব্রাইরমদা ১৭ সুবা অসাম রাইফলনা প্রেসতা থাদোরকপা চেরোল অমদা নোং তাদনা ব্রজ তাবগুম্বা ব্রাফম ফোংদোরকপা অদুনি। মীফা-চেদা ইরম্বদুগা পুরা তাইয়োম্নবা মনোরমা হায়রিবী লৈসাবী অসি সরকারনা থিংখ্রবা লালহৌ-লুপ PLA গী কোপোরেলনি অমসুং মহাক ট্রেনিং তৌরবা বোম এক্সপার্টনি হায়রকখি। মীফা-চে অদুদদি করিসু ইরমম্রগা হেন্দ গ্রেনেদ অমা অমসুং পাউ থাদোক-থাজিল তৌনবা রেদিও সেট অমগা মসাদগী ফংই হায়রকখি। মহাক্লা সিখিবদুসু মপান থোক্কে হায়জন্নরগা চেনগে তৌবদগী কাপ্পদা সিবনি হায়রকখি। মতম খরা লৈরগা C. Upendra Commission দা আগষ্ট থাগী তাং ৩ দা পিবা ৱিটনেস P Bilashini কৌবা অমনদি নুমিৎ অদুগী অয়ুক ঙন্তাদা মনোরমাগী অসিবা হকচাং হুন্দোক্লম্না মফম অদুদা লাম্মীসিংনা নুপী অমগী হকচাং (পদ্রাক পদ্রাক তারবা, অসিবা নত্রগা ব্রাছবা মাল্লবা) অমা লাম্মীগী গারি ৪,৫ গী মনুংদগী অমদগী পুথরক্লগা মরুম অমদা পুসিনখি। অদুগী মতুংদা ঙহাক লৈবগা নোংমৈ মখোল ৫,৬ তাখি হায়না জবান পিখি। মনোরমা হাৎলবা মতুংদা কাপ্পা ওইরম্বা য়াই। মসিগী খুদম লৈ। C. Upendra Commission গী মমাংদা পিবা জবান অমদা মনোরমাগী অসিবা হকচাং অদুবু পোষ্ট মোর্টেম তৌখিবা ডাক্তর H. Nabachandra নদি নোংমৈনা সোক্লিবা দাকফম অদু হিংলিবা মী অমদা কাপ্পগা সোকপা দাকফম ওইরবদি ঈ অদু লিটর মখাযদগী অমা ফাউবা সোইদনা থোকফম থোকই হায়না হায়খি। অদুগা অসিবা হকচাং অদুবু লৌখৎলুবা পুলিস খুৎপু অদুগী মকোক অমদি মখোয়না মীহাৎ অদুগী কেস অদুগী আই ও, এস আই, মো: মনি অমিন্ নদি অসিবা লৈবম্না মফম অদুদা ঈ তাবা উদে হায়না পাউখুম পিখি। **নোংমৈ মখুল অদুক য়াম্না পাল্লবা হকচাং অদুদগী ঈ তারমদবা অসিনা তাকপদি মফম অদুদা আহংবা মী কাপ্পগী খুদম লৈতে হায়বসিনি।**

হেন্না ঙকপা অমদি মনোরমাগী ময়ুমদা পিরম্বা Arrest memo দা মদু নোংঙাল্লমদাই পুং ৩.৩০ দা পিবনি হায়না ইরি। মদুদা মহাক মসাদগী কবিসু ফংদে হায়না ইরি। অদুগা মতম অদুমক্তদা হায়বদি নোংঙাল্লমদাই পুং ৩.৩০ মক্তদা ১৭ সুবা আসাম রাইফলসকী মীওইসিং অদুনা ইরিলবুং পুলিস ষ্টেসন্দা মনোরমাদগী ফাগৎলকপা পোৎ-চৈ সিংগী মমিং ইবা Seizure list অদুদা হেন্দ গ্রেনেদ অমগা রেদিও সেট অমগা ফংই হায়না ইরি। চে অনিদুদা তৌরিবা মনোরমাগী সোই অনি অদুসু য়াম্না খেৎনরি। মসি কুপনা থিজিল্লবদি মীহাৎ অদুগী মরমদা খঙবা য়াবা পুম্নমক খঙলগনি।

পুন্নমক অসি তারগা মনিপুরগী মীয়াম কনানসু অসাম রাইফলসকী ৱারোল অদু থাজদে। মনোরমাবু হাৎতোকপিরম্লা নুমিৎ অদুগী নোংমগী মমাংদা হায়বদি জুলাই তাং ১০ দা জমখোলেট খোংসাই কৌবা চহি ৬০ হেল্লবা পাষ্টর অমগী অসিবা হকচাংসু নোংমৈনা কাপতুনা হাৎতোক্লগা লাইতোন চীংদা লৈপাক মনুংদা ফুমজন্দুনা থমলম্বা থেংনখি। জমখোলেট খোংসাই য়াইরিপোক পুলিস ষ্টেসন্দগী কিলো মিটর ১৭ লোম চৎলগা লৈবা সাইচাং খুনগী পাষ্টরনি। মহাক জুলাই তাং ৮ গী অয়ুক্তা চাকওন চারগা সম অমা য়াল্লদুনা মাগী পামলৌদা চৎখিবনি। মহাক্না ময়ুমদগী থোকপ্লবা মতুং ঙহাক লৈরগা অসাম রাইফলসকী গাড়ি তরামুক লাক্লগা মদুদা তোংবা লাম্মীসিংনা মহাক কদায়দা চৎখিবগে হায়না হংলখি। লৌ চৎখি হায়না খুন্নদগী মহাকপু অসাম রাইফলস লাম্মীসিং অদুনা থিবা চৎখি। ঙহাক লৈরগা অয়ুক পুং ১০ মুক তাবদা ইরাপ লাপতনা নোংমৈ কাপ্পগী মখোল তাখি। পাষ্টর জমখোলেট খোংসাই অমুক হন্না ময়ুমদা হল্লকখিদ্রে। নোং ঙানবদগীদি খুন হুপ্লা মাবু থিখি। লাইতোন চিংগী মনাক্তা লৈবা হনুবী অমনা ঙরাং নুংদাং (জুলাই তাং ৮ গী নুংদাং) সিফাইসিংনা মঙোন্দগী য়োৎপাক অমা ৱাইখি হায়না হায়রকখি। পাষ্টর জমখোলেট খোংসাই ইরু লুদনা খ্বাংমুক্তা লুবা কোম অমা তৌরগা ফুমদুনা লৈরম্বা থেংনখি।

অসিবা হকচাং অদুদা নোংমৈ মখুল অহুম লৈরম্মী। মীহাৎ অসিসু অসাম রাইফলসনা তৌবা নত্তনা অতৈনা তৌবা ওইরম্লসু য়াই হায়বসি কনানসু থাজদে। থৌদোক্ অনি অসিদগী কাংটুক্ মপেদা মৈ চুরুবদা পোকখায়রকপগুম মনিপুর পুন্নমক চাক্লকখি। মনিপুরগী মীয়াম অসি লাম্মী অমদি সেক্যুরিটি ফোর্স অতৈনা মীচম মরাল লৈজদবা কয়া হাৎপা তুপ্লা, ফারগা মাংহনখিবা, নুপী কয়া রেপ তৌখিবা, মীওই কয়া অমনা তমথিনা ওৎ-নৈবিখিবা থৌদোক কয়ানা মরম ওইদুনা মৈ হৌবমখৈ সাওন্দুনা চহি ২৪ লৈরক্লবনি। মীয়ামগী লুপ ৩২ খুদক্তা পুনসিন্দুনা হৌনরুবা নায়দনা হৌরকপা মীয়ামগী ঈহৌ অসিগী লুচিংখি। লুপ ৩২ অসিনা জুলাই তাং ১৩ অমসুং ১৪ দা মনিপুর পুন্নমক্কী ওইবা বন্দ কৌখি।

নোংঙাল্লগা জুলাই তাং ১৫ গী অয়ুক পুং ১০ মুক তারকপদা মনিপুরদদি অমুক্তা থোক্লিবা, মালেমগী মফম অতৈদসু তোয়না থোক্লিবা মওংদা ইমাসিংগী অঙকপা খোংজং অমা চংসিনখি। মখোয়না ঐখোয়গী পুৱারিগী অনৌবা লমাই অমা হাংদোকখি। অসাম রাইফলস কী 9 Sector অমসুং 17 Bn. গী হেদ কার্টরস ওইরিবা কংলাগী নোংচুপ থংবা হোজংদা ইমা লুচিংবী তরা নিথোইনা মসাদা পকপা মফি পুন্নমক লৌথৌক্লগা হেদ কার্টরস মনুংদা লাও খোংদুনা চংসিন্নবা থৌরাং তৌখি। অসাম রাইফলসসিংদা "লাও ঐখোয়বু রেপ তৌরো লাও" হায়বনচিংবা খোল্লাও কয়া লাওখি। তৌফম খঙদ্রবা অসাম রাইফলস লাম্মীসিং অদুনা মখুৎ লোন্নদুনা খুৱল্লগা হোজং থিংজিনখি। ইমাসিং অদুনা "Indian Army Rape Us." " Indiam Army take our Flesh." "We are all mothers of Manorama" হায়বনচিংবা ফেষ্টুন পুথোরক্তুনা প্রেস অমদি মীয়ামদা উৎখি। থৌদোক অদু ব্রজ তাবগুম থোকপ্লমাল্লে, মনিপুর সরকারনা মতম কক্তনা কর্ফিয়ু থমজিনখি।

## AFSPA লৌথোকউ হায়বা খোংজংঃ

জুলাই তাং ১৫ গী মীতৈ নুপীগী অহুমসুবা নুপীলাল, ফি খোংদ-লান অদুগী মতুংদা মীয়ামগী ঈহৌ অদু মনিপুরদগী The Armed Forces Special Powers Act, 1958 থৌথোকউ অমসুং মনোরমা অমদি পাষ্টর জমখোলেট হাৎপা মী চৈরাক পিয়ু হায়না দিমান্দ তৌবা ঈহৌ ওইরকখি। ইন্দিয়াগী সেন্ট্রেল Government অমদি লীদর খবা নত্তনা ঈহৌ অসিগী মাইয়োক্তা কনাসু লৈত্রি হায়বা য়াই।

মনিপুরগী মরু ওইবা মহৈরোইগী লুপ অহুমসু পুনসিল্লক্তুনা অকনবা খোংজং চংসিনবা হৌখি। মফম মফমগী মীয়ামগী লুপ/ ক্লব কয়ানা ঈহৌ অসিদা চোংসিন্দুনা য়াওখি। পোলিটিকেল পার্টিসিংগী মরক্তসু ওপোজিসন পার্টিসিংদি পুনসিন্দুনা অপুনবা ফোরম অমা সেম্লগা অকনবা খোংজং চংসিনবা হৌখি। ওপোজিসন এম এল এ কয়ানা মসাবু ফাহঞ্জবগী হায়বদি Court Arrest তৌবগী খোংজংসু চংসিনখি। সরকার পায়বদা যাওরিবা কম্যুনিষ্ট পার্টি ওফ ইন্দিয়া, CPI না মনিপুরগী লম মচেৎ খরখক্তদগী ওইরবসু Act অসি লৌথোক্লবদি সরকার অসিদা য়াওববোই হায়না কিহনখি। মিনিষ্টর ২

গা এম এল এ ৬ কা মখোয় ৮ না আগষ্ট তাং ১৫ গী মমাংদা মনিপুরগী লম মচেং অমদগী ওইরবসু Act অসি লৌথোক্রবদি মখোয় মথংগী নুমিৎতা মীয়ামগী মীফম অমদা এম এল এ ওইবদগী রিজাইন তৌগনি হায়না লাওথোকখি। সি পি আই গী এম এল এ ৫ গা মখোয় ৮ গা পুন্না এম এ ১৩ তোকখ্রবদি ইবোবী সরকার হিংবা য়াবগী ফিভম লৈরমদে।

মসিদা নত্তনা মনিপুরগী মপান্দা লৈবা মনিপুরীসিংনসু খোংজং কয়া চংসিনখি। কছারদা বরাক ভেলি মীতৈ কনভেনসন অমদি All Assam Manipuri Meira Paibi Assn. নচিংবা মীয়ামগী লুপসিংনা AFSPA লৌথোকউ, মীহাৎপা চৈরাক পীয়ু হায়বা খোল্লাউ লাউদুনা অচৌবা মীয়ামগী খোংচৎ অমা তৌখি। গৌহাটিদসু অসামী মচা চা কয়া য়াওনা মফমদুগী মনিপুরিশিংনা AFSPA লৌথেকউ, মীহাৎপা চৈরাক পীয়ু হায়বা খোল্লাও লাওদুনা মীয়ামগী অচৌবা খোংচৎ চৎখি। হোজাই লংকাদসু মফমদুগী বাঙ্গালী মীওই চা কয়া য়াওনা মীওই লিসিং কয়াগী খোংচৎ চৎখি। বাংলাদেসতা ফাউবা মনিপুরী মীয়ামগী য়ানিংদবা ফোংদোকপগী খোংচৎ চৎখি হায়না পাউ-চেসিংনা ফোংখি। পুম্নমক অসিগী মথক্তা মনিপুরগী মপান্দা মহৈ-তম্বা মহৈরোই কয়ানসু AFSPA লৌথোক্লবা খোঙজং চঙসিন্দুনা খোংচৎ কয়া সিনখি। পুনে, বঙ্গালোর, চেন্নাই, মহিসুর, দিল্লি, কোলকত্তানচিংবা মফম কয়াদা মহৈরোইসিংনা Act অসি লৌথোকউ হায়না খোংচৎ চৎখি। কোলকত্তাদদি সাওনবা য়াওরকপদগী সহর অদুদা লৈবা মনিপুর হাউসতা নুং থাজিনবগী থৌদোক ফাউবা থোকখি। ইন্দিয়াগী কোনুং দেল্লিদদি AFSPA লৌথোকউ হায়বা ঈহৌ অসি অৱাং নোংপোক লমদমগী লুপসিংগী অমদি ইন্দিয়াগী মীয়ামগী খোংজং ওইরকখি।

জুলাই তাং ২৯ দা অৱাং-নোংপোক লমদমগী লুপ কয়ামরুম্না পুনসিল্লগা সেম্বা Delhi Committee for the Repeal of the Armed Forces' Special Power Act, 1958 কৌবা কমিটি অমনা Act অসি লৌথোকপগী মতাংদা নোংমগী ওইবা মীফম, Convention অমা দেল্লিগী রবি মার্গতা লৈবা Constitution Club তা তৌখি। মীফম অদুদা মখাগী লুপসিং অসিগী হায়বদি People's Union for Democratic Rights (PUDR), Naga People's Movement for Human Rights (NPMHR), Tripura Students' Federation (TSF), Mizo Zirlai Pawl (MZP), Naga Students' Federation (NSF), Karbi Students' Federation (KSF), Naga Mothers Association (NMA), All Bodo Students Union (ABSU), All Bodo Peace Forum (ABPF), Naga Hoho, Committee on Human Rights (COHR) Manipur, All Manipur Student's Union (AMSU), North-East Students' Organization (NESO) গী মীহুৎসিংনা সরুক য়াখি। মীফম অদুনা ৱারেপ কয়ামরুম তাখি। মদুদা AFSPA অসি মতমগা চান্নদবা, মীচম মরক্তা চৎনবা য়াদবা Act নি হায়খি। মীফম অদুনা Act অসি অৱাং-নোংপোক লমদমদগী লৌথোকখিনবা অমসুং পুমমুৎ মুথৎখিনবা খোংজং কয়া চংসিন্নবা Compaign Committee অমা সেমখি। Compaign Committee অদুদা মখাগী লুপসিং অসিগী মীহুৎসিং য়াওখি:

1. People's Union for Democratic Rights (PUDR).
2. People's Union for Civil Liberties (PUCL).
3. Forum for Democracy and Communal Harmony (FDCH).
4. Human Rights and Democracy Forum (HRDF).
5. All India People's Resistance Forum (AIPRF).
6. Progressive Students' Union (PSU).
7. Jana Hakshatakshar (JH).
8. All Manipur Student's Union (AMSU)
9. North-East Students' Organization (NESO)
10. North-East Co-ordination on Human Rights (NECOHR) অমদি
11. Naga people's Movement of Human Rights (NPMHR).

মসিগী মথক্তা ইন্দিয়াগী রাংমদা লৈবা য়ুরোপ অমসুং অরাং অমেরিকাদা লৈবা মনিপুরী মচাসিংনসু Act অসি লৌথোক্লবা ভারত সরকারদা হায়জনবা মীফম ফমখি। ইন্দিয়া মনুংগী মীওইবগী হক কনবা লুপ কয়ানা অমদি মীওই কয়ানা Act অসি লৌথোক্লবা দেল্লি সরকারদা তকসিনখি। মমিং লৈরবা অহল ওইরবা কুলদিপ নয়ারনা Act অসি লৌথোক্কদবনি হায়খি। ইন্দিয়াগী দিফেন্স মিনিষ্টর প্রনাব মুখর্জি অমসুং হোম মিনিষ্টর, সিবরাজ পাটিলনা Act অসি লৌথোকলোই হায়খিবদু কলমলিষ্ট কুলদিপ নয়ারনদি Authoritarianism নি, ঙকচাউ থেকপা লৈত্তাকপগী মওংনি হায়খি। হান্না ইন্দিয়াগী নেভিগী এদমিরেল ওইরম্বা অমসুং রমোন ম্যাগসেসে এরাদকী নোমিনি লক্ষ্মীনরায়ন রামদাসনা AFSPA অসি খুদক্তা লৌথোক্কদনি হায়না দাবী তৌখি। নর্মাদা দামগী মায়োক্তা হৌবা মীয়ামগী লুচিংবী ডাক্তর মেধা পটেকারনসু অরাং-নোংপোক লমদমদগী AFSPA লৌথোক্কদবনি হায়না দাবী তৌখি। Act অসিগী মতাংদা UNO গী Working Group on Indigenous Populations কী মীফমদসু খঙহনখ্রে। জুলাই থাগী তাং ১৯ দগী ২৩ ফাউবা নুমিৎ ৫ নি চুপ্পা তৌবা UNWGIP গী মীফমদা মনিপুরগী মীওইবগী হক কনবা লুপ অমা ওইরিবা অমসুং অপুনবা লুপ ৩২ গী মনুংদা অমা ওইরিবা The Threatened Indigenous People's Society, Manipur (TIPS) কী জেনেরেল সেক্রেটরি, এদভোকেট লৈতাল্লেম উমাকান্তনা Act অসিগী অমসুং মনোরমা অমদি পাষ্টর জমখোলেট খোংসাই মীসিগী মতাংদা অনিরক ব্রা ভাংখি। লোয়ন্না মহাক্লা ইন্টরভিয়ু অহমলকসু পিখি। মীফম অদুগী মীওই পুম্নমক্লা অঙকপগা লোয়ন্না Act অসিগী মরমদা খন্নখি অমসুং য়ানিংদবা ফোংদোকখি।

হন্দক্কী মীয়ামগী খোংজং অসিগী সক্তমদি মালেমগী লৈপাক অতৈদা তৌনখিবা থৌওং পুম্নমক তৌগ্রে হায়বা য়াই। বন্দ কৌই। ফি থোংদবা খোংজং চংসিল্লি। মীয়াম পুম্না মীয়াম তিনবা মরক্তা ফমদুনা য়ানিংদবা ফোংদোকই। লম্বীসু থিংই। সরকারগী লোইসং কোইসিন্দুনা থম্রগা থবক তৌহন্দে। অমুবা ফিরাল থেৎলি। চরা হেল্লি। মীয়ামগী খোংচৎ চৎলি।

ইন্দিয়াগী মফম অতৈদগী পুসিল্লকপা পোৎ চৈ অমক্তা সিজিল্লরোই হায়বা বোইকোটকী খোংজংসু চংসিল্লি। ট্রক মপুসিংগী লুপনসু গাড়ি লেল্লগী খোংজং চংসিল্লি। ইন্দিয়াগা সম্নবা লম্বী পুম্নমক্ ককথৎনরগনি হায়দুনা অপুনবা লুপ ৩২ গী মনুংদা অমা ওইরিবা Manipur Forward Youth Front (MAFYF) গী মেম্বরসিংনা এয়ারলাইন ওফিস অনি থিংজিনখি। মহৈরোইগী লুপসিংগী অপুনবা কাংবুনসু হৌদোক্তুনা এম এল এসিংগী য়ুম য়ুমদা কোইসিন্দুনা লাউসিনবা অমদি য়ানিংদবা ফোংদোকপগী থবকসু তৌখি।

মসিগী মথক্তা মালেমদা তোয়না খোক্তবা মসাবু মৈ থাজরগা সিজনবা হোৎনবসু তৌখি। জুলাই তাং ২৪ দা MAFYF কী লুচিংবা ৫ না মসাদা পেট্রোল হৈজিল্লগা মনিপুরগী চিফ মিনিষ্টরগী বঙ্গলো মমাংদা মৈ থারগা সিজনবা হোৎনখি। অনকপদা লৈরম্বা পুলিসসিংনা হোৎচিল্লক্তুনা মুৎথৎপদগী সিবমক্তি কনাসু সিখিদে। অদুবু সোইনাইবদি লোইনা সোইনাইখি। মখোয়সিং অদুদি কিক্কী য়ায়েম, থাংজম ইবোতোম্বী, মোইরাংথেম রঞ্জন, ললিটচান্দ ওইনাম অমসুং সঞ্জোয় খাইদেমনি। মসাবু মৈ থাজরগা সিজনবা হোৎনরগা Act অসি লৌথোক্লবা খোংজং চঙসিনবা অসিমক জুলাই ২৪ গী থৌদোক অসিগী মতুংদা আগষ্ট তাং ১৫ গী অয়ুক পুং ১০ দা লমাংদোং কৈথেলদা অমুক হন্না থোকখি। মদুদা বিষ্ণুপুর দিষ্ট্রিক্টকী মহৈরোই লুপ অহমগী অপুনবা এদভাইজর ওইরম্বা মসাগী চহি ৩২ মুক সুরবা পেবম চীত্তরঞ্জন মৈনা কা হেন্না চাকখিবদগী লাইকয়বা ঙমদনা মথং নুমিৎকী নুংথিল পুং ৩.৩০ দা সিখি। মহাক্কী থৌওং অদুনা AFSPA লৌথোকপগী হৌরিবা ঈহৌ অসিদা অনৌবা ঈনোৎ অমা হাপখি। পেবম চীওরঞ্জনগী অসিবা হকচাং অদু পুরগা মনিপুর সিনবা থুংনা চৎতুনা মীয়ামগী খোংচৎ চৎকনি হায়না কিবদগী মহাক্কী হকচাং অদু লোন্না অহিংদা মীয়াম খঙহন্দনা সরকারনা পোৎলোইখি।

মরকসিদা সরকার অমদি রাজনিতি লুচিংবসিংনা মীয়ামদা মীত্রং অমা তৌরকখি। হৌখিবা আগষ্ট তাং ১২ দা ইম্ফাল ম্যুনিসিপালিটি এরিয়াদগী Act অসি

চাংয়েং ওইনা লৌথোক্লে হায়না লাওথোকখি। মসিদা ঈহৌ অসিবু লুচিংলিবা অপুনবা লুপ ৩২ অমদি অয়াম্বা মীয়ামগী লুপসিংনা য়ানিংখিদে। সরকার পায়রিবা Political Party সিং খক্তনা য়ানিংবা ফোংদোকখি।

AFSPA লৌথোকউ হায়দুনা চৎথরিবা ঈহৌ অসিগী মনুংদা অসি-অনা কয়া থোকপ্রে, অসোক অপনসু য়ামখ্রে। আগষ্ট তাং ৭ তা মীয়ামগী খোংচৎ থুগাইনবা হোৎনবদা পুলিসনা Tear Gas কাপ্লদা Tear-Gas shell না পানবদগী সোত্তুনা হোস্পিটালদা লাইকয়রগা কনবা ভুমদদুনা আগষ্ট তাং ১২ দা কৈবী তরেৎখুনদগী কোঙ্গ্রেংবম মেমিতা কৌবী লৈসাবী অমা সিখি। সরকারনা র্কাফিয়ুগী মতম ভনখৎলে হায়না লাওথোকপদগী কৈথেল কায়দুনা চেন্নবদা হিয়াংলম ময়াই লৈকাইদগী চহি ৬৫ সুরবা Elangbam Surjya কৌবা পেন্সন লৌবা লাকচবা অহল অমা হার্ট ফেল ওইদুনা ইস্ফালদা সিখি। নোংমৈ গুলিনা পানবা থারগা রিমস অমদি জেএন হোস্পিটালদা লায়েংখিবা মীগী মসিং অসি পুন্না সেপ্টেম্বরগী ৫, ২০০৪ ফাউবদা ৮৭২ নি হায়না হেল্প লাইন অমদি ইমর্জেন্সি রিলিফ কমিটিদগী ফংবা পাও অমনা হায়খি। অদুবু The Statesman গী Correspondent নদি আগষ্ট তাং ১৯ দা মী ৭০০ হেন্না অসোক-অপন নংখ্রে হায়না ফোংদোকখি।

## অল্লাং-নোংপোক্কী লালহৌঃ-

Act অসি মীয়াম্না অসুক য়াম্না য়ানিংদ্রিবসি করিগীনো?

রাফম অসি নৈন্নবগীদমক Act অসিগী মচাকসিং অমসুং মসিদগী করি থোরকপা য়াবা লৈবগে হায়বদু মচা খায়না নৈনবা দরকার লৈ। মসি নৈনদ্রিঙৈগী মাংদা Act অসি করিগীদমক্তা মনিপুরদা অমদি অল্লাং নোংপোক-লমদমদা থল্লিবনো অমদি দেল্লিগী লুচিংবসিংনা লৌথোকনিংদ্রিবা করিগীনো হায়বসি ময়েক সেংনা খঙলবদি Act অসি খঙবদা হেন্না ময়েক সেংগনি।

India হায়রিবা লৈপাক অসি পুল্লারীগী মীৎয়েংদগী অমদি Politics কী মীৎয়েংদগী য়েংবদা লৈপাক (Nation) অমা নত্তে। ভসি খা-এসিয়া হায়না খঙনরিবা নিংখা তম্বা লৈপাক তরেৎনা সারিবা লমদম অসি মতম খরগী মমাংদা ইন্দিয়া হায়না পুন্না খঙনরম্মী। হায়রিবা ঈন্দিয়া অসি খেন্নবনা পিক থনবা অপুনবা সত্তম লৈতবা লমদম অমনি। হায়রিবা মতম অদুগী ইন্দিয়া হায়বদুদা অল্লাং নোংপোক্কী লমদম অসি য়াওরমদে; ১৮২৬ তা বৃটিসসিংনা লাক্লবা মতমদা অসাম লৌসিনখিবদগী লমদম অসিগী অচৌবা সরুক অমা মতমদুগী ইন্দিয়াগা সম্নবা হৌখিবনি।

মতম অদুগী India অদুসু লৈপাক অমা ওইরমদে। ১৮৮৮ দা ইরম্বা "India" কৌবা লাইরিক্তা বৃটিস মচা লৈঙাকলোই, Sir John Strachey না ইন্দিয়া হায়বা লম অমদি লৈ, লৈপাক অমদি লৈতে হায়না ইরম্মী। হায়রিবা বৃটিস লাক্লিঙৈগী India অদুদা অল্লাং-নোংপোক লমদম অসিগা Politics কী মরি অমত্তা লৈনরমদে। ১৮২৬ কী মমাংদা ইন্দিয়াদা পানখিবা হিন্দু নিংথৌরেলসিং অমদি মুগলসিংনসু অসাম লৌসিন্নবা কয়ারক হোৎনখ্রবসু মাই পাকখিদে। ১৮২৬ তা বৃটিসনা র্বম্মাবু মাইথিবা পিদুনা অল্লাং-নোংপোক লমদমদগী র্বম্মীজসিংবু তাম্থোক্লগা অসামবু বৃটিস এমপায়ারদা তিনসিনখি। মতম অদুদসু মনিপুর, ত্রিপুরা অমসুং জয়োন্টিয়াদি বৃটিসকী মখা পোন্দ্রিবনি। মনিপুরনা লৌসিল্লবসু মনিপুরবু বৃটিস-ইন্দিয়াগী সরুক অমা ওইনা ইন্দিয়াদা তিনসিল্লমদে; তোঙানবা লৈপাক অমা ওইনা লৈঙাকলম্মী।

১৮২৬ তা অসাম লৌসিনখ্রবসু নাগাসিং অমসুং মিজোসিংনা খুন্দাবা লমদমগী অয়াম্বা সরুক্তি বৃটিসসিংনা লৌসিনবা ঙমখিদে, বৃটিসনা লৌসিল্লবা লমদমসিংদা লান তারক্তনবা চেকসিন থৌরাং লৌখৎলগা নিং-খা তম্না অদুম থল্লম্মী। বৃটিসসিংনা থাদোক্লমদাইদা নাগাসিংনা মখোয়বু নিংখা তম্বা লৈপাক অমা ওইনা থম্মীরম্মু হায়না বৃটিসসিংদা তক্লখি। ১৯২৯ দা Simon Commision লাকপদা নাগাসিংনা মখোয়দা নিং-খা তম্বা পিরম্নবা চে থাখি। নাগাগী লুপ NNC গা বৃটিসসিংগা ১৯৪৭ কী জুন থাদা ইনবা য়ান-চে, Hydari Agreement সোই তৌনখি। মসিদা বৃটিসকী মহুৎ সিন্দুনা মতমদুগী অসামগী গোর্ভনর,

Sir Akbar Hydari না অমসুং নাগাসিংগী মহুৎ সিন্দুনা Naga National Council (NNC) না সোই তৌখি। য়ান-চে অসি 9- Point Agreement হায়নসু খঙনৈ। য়ান-চে অসিগী মতুং ইন্না নাগাসিং অসি চহি ১০ ইন্দিয়াগী মখাদা ঙাকপি সেনবিবগী মওংদা লৈগনি, মসিগী মতুংদা মখোয়না ইন্দিয়াদা য়াওগদ্রা য়াওরোইদ্রা হায়বদু মসানা লেপচগনি হায়না ইনরম্মী। অদুবু বৃটিসনা থাদোক্তুনা হেক চৎখিবগা নৌনা সেম্বা লৈপাক ইন্দিয়ানা নাগা তাবা লমসিংবু ইন্দিয়াগী তৎন-থানবা য়াদ্রবা লমদম অমনি হায়না লাওথোকখি। NNC নসু ১৯৪৭ কী আগষ্ট থাগী তাং ১৪ দা ইন্দিয়ানা তৌবদগী নোংমা হান্না নাগালেন্দ নিং-খা তম্রে হায়না লাওথোকখি। মসিগী মতুংদা চহি ৭/৮ মুক NNC গা ইন্দিয়াগা ৱারি সাদুনা লৈনখি। India গী লূচিংবসিংনা নাগা লিদরসিংদা নিংখা তম্বা পিদ-পিগদবা মালহনখি। মহাত্মা গান্ধি মসামক্না নাগাসিংদা নিং-খা তম্বা পীগনি হায়খি। NNC গী নিংখা তম্বা তানবা দাবি অদু মীয়াম্না য়াই হায়বদু উৎনবা ১৯৫১ গী মে তাং ১৬ তা নাগা মীয়ামগী মরক্তা নিং-খা তম্না লৈগদ্রা নত্রগা ইন্দিয়াদা য়াওগদ্রা হায়বগী মীখল (Plebiscite) তৌখি। মদুদা নাগা মীয়ামগী চাদা ৯৯.৯৯ (৯৯/৯৯%) না নিং-খা তম্না লৈগনি হায়না ভোৎ পিখি। নৌনা লিংবা ইন্দিয়া সরকারননি মখোয়না বৃটিস ইন্দিয়াগী লন পুম্নমক্ ফংফম থোকপনিনা নাগা লমদমসু ইন্দিয়ানি হায়বা মরৈ অসিদা সিখাং খাংদুনা লৈখি। নাগাসিংনা ১৯৫১ গী জনুৱারি তাং ২৫ দা তৌবা General Election অদু য়াওখিদে। ১৯৫৩ গী র্মাচ তাং ৩০ দা ইন্দিয়াগী প্রাইম মিনিষ্টর নেহরু অমসুং বর্ম্মাগী প্রাইম মিনিষ্টর, উ নু না কোহিমাদা লাকপদা নাগা পুম্নমক্না নেহরুগী মিটিং য়াওখিদে। মসিগী মতুংদা ইন্দিয়া সরকারনা নাগা লূচিংবসিং ফানবা হোৎনখি। ১৯৫৪ গী সেপ্টেম্বর তাং ১৮ দা NNC না নাগালেন্দ নিং-খা তমলে অমসুং সরকার অমা সেমলে হায়না লাউথোকখি। সরকার সেম্বগা লোয়ননা Naga Home Guard কৌবা লাম্বী তেঙ্গোল অমসু সেমখি। মসিগী মতুংদগীদি নাগালেন্দদা ইন্দিয়ান আর্মিনা ওপরেসন তৌবা হৌখি। ১৯৫৭ কী ইন্দিয়াগী General Election সু নাগাসিংনা বোইকোট তৌখি।

অসিগুম্বা নাগাগী নিং-খা তম্বগী ঈহৌ অসিবু লাম্বীনা নমথনবা ইন্দিয়ান পার্লিয়ামেন্টনা The Armed Forces (Assam and Manipur) Special Powers Act, 1958 অসি সেমখিবনি। মসি অহানবদদি অসাম অমসুং মনিপুরগী নাগা তাবা লমদম খক্তদা পাল্লম্মী। মরম অদুনা Act অসিগী মিংদা Assam and Manipur হায়না পনখিবনি।

নাগা লালহৌ নমথনবা লাক্লরিঙৈ মতম অসি অসামগী সরুক অমা ওইরম্বা মিজোসিংনা ১৯৬৬ কী ফেব্রুৱারি থাগী তাং ২৮ দা মিজোরাম অসি নিংখা তম্বা লৈপাক অমা ওইরে হায়না লাওথোকখি। চহি অদুগী র্মাচ থাদা লালহৌবসিংনা আইজোল খুদুম চনখি। মতম অদুমক্তদা মিজোরামদা AFSPA চৎনহনখি। ইন্দিয়ান লাম্বীনা মিজোসিংগী নিংতম লালহৌ নমথখিবা অসিদি অকনবা খুৎথাদা থাখিবনি। মীচম লৈবা খুনসিংদা এরোপ্লেন্দগী মেছিন গন কাপসিনখি, খুরক হাংদনা বোম থাদখি। কাচিন কোয়াদা লৈবা মিজো খুন পুম্নমক পুল্লপ থোমগৎলগা মেইন রোদ মপান-মপান্দা খুন্দাহল্লগা ইন্দিয়ানা থাকখি।

অসিগুম্বা ময়ুম অমদি মখুন মখুন্দগী হোইদোরক্লগা নৌনা সেমলিবা খুনসিং অদুবু ফজবা মীংথোল পিখি। মখোয়বু Protected and Pogressive Villages (PPV) কৌখি। মসি মালেমদা তোয়না থোকলমলোই। AFSPA নসু মসাগী খুন্দগী মী তাহোকপা অসিদি য়াবগী ৱা পন্দে, Airforce সিজিন্নবগী ৱাসু পন্দে। Airforce ওইরবসু মদু Land force ওইনা সিজিন্নগদবনি হায়না AFSPA তা ইরি।

১৯৭৭ তা মনিপুরদা PREPAK অমসুং PLA থোরক্তুনা ১৯৭৮ দগীদি খুৎলাই পায়বা লালহৌ হৌরকখি। নোংমা কাংদনা পুলিস, পেরা মিলিটরি অমদি লাম্বীদা এটেক তৌরকখি। লালহৌ অসি নমথনবা ১৯৮০ গী সেপ্টেম্বর তাং ৯ দা মনিপুর পুম্নমক্তা Act অসি মতম অদুদা পাল্লম্বা State Government না চৎনহনখি।

আসামদা ১৯৭৮-৭৯ দা মহৈরোইসিং অমসুং মীয়াম্না অসামদগী মীতোপ তাহোক্কদবনি অমসুং ভোৎ থাদহল্লোইদবনি হায়না দাবি তৌদুনা অকনবা Democratic ওইবা ঈহৌ হৌখি। ঈহৌ অদুদা

য়াওবা নহারোল অয়াম্বনা মিং-খা তম্বা তানগদবনি হায়না খল্লবা য়াওখি। মখোয়গী মরক্তা মীওই খরনা ১৯৭৯ গী এপ্রিল থাগী তাং ৭ তা সিবাসাগর দা লানহৌ-লুপ ULFA সেমখি। মখোয়না NSCN অমদি লানহৌ-লুপ অতৈগা সম্নদুনা লোয়না লানহৌ-লান্নী তেঙ্গোল সাগৎখি। ১৯৮৫-৮৬ ভগীদি অকনবা খুৎলাই পায়বা ঈহৌ হৌরকখি। ১৯৮৯ দদি অসাম অসি ULFA গী মখুৎতা লৈবদৌনা তৌখি। ১৯৯০ গী নবেম্বর তাং ২৭ কী নুংদাংদা দেল্লি সরকারনা আসামগী AGP সরকার উথাইখি। মোঙাল্লগা Central Government না অসাম পুম্নমক্তা AFSPA চৎনহনখি অদুগা অকনবা ওপরেসন হৌখি।

ত্রিপুরা অসি ১৯৪৯ দা ইন্দিয়াদা তিনসিন্নিৈঙগী মমাংদগী হৌনা বাঙ্গালী মীতোপ চংলকপসি য়ানিংদবা মী য়াম্না লৈরম্মী। মীতোপ চংলকপা থিংনবা অমসুং সরকারদা বোরোক (ত্রিপুরি) সিংগী ফিদা কন্নবা নিংথেমচা দুরজোয় কিসোর কৌথা অমনা লুচিংদুনা খুৎলাই পায়বা লুপ অমা সেংক্রোক (খুতুম হায়বনি) হায়না মিং থোন্দুনা লীংখৎলম্মী। মসিদা নত্তনা পহাড়িয়া য়ুনিয়ন, অদিবাসি সমিটি, ত্রিপুরা রাজ্য অদিবাসি সংঘ, অমদি অদিবাসি সংসদনচিংবা লুপ কয়ামরুম বোরোকসিংনা মসাগী সক্তম কন্নবা লিংখৎলম্মী। সেংক্রোক্তা MNF কসু মরি লৈনখি। সেংক্রোক্কী মীওইসিংনা ভোৎ লেপ্পা Tripura Upajati Juba Samiti (TUJS) গী মীওই খরগনা ১৯৭৮ দা ত্রিপুরা সেনা কৌবা খুৎলাই পায়বা লানহৌ লুপ অমা লিংখৎখি। ত্রিপুরা সেনা অসি ১৯৭৮ দা Tripura National Volunteers (TNV) হায়না মমিং হোংখি। মখোয়না মতম অসিদা খুৎলাই পায়বা ঈহৌ সাগৎখি। TNV না ১৯৮৮ দা লানহৌবা থাদোক্তুনা ভোট লেপ্পা Political Party অমা ওনশ্রবা মতুংদা লুপ অসিদা য়াওরম্বা মীওইসিংনা খুৎলাই পায়বা লানহৌ লুপ অনি সেমলকখি। মখোয়সিং অদুদি National Liberation Front of Tripura (NLFT), অমসুং All Tripura Tigers' Force (ATTF) নি। অনিমক ১৯৮৯ দা সেমখিবা ভাক্তনি। মখোয়নসু খুৎলাই পায়বা লানহৌ চৎথরকখি। TNV গী ঈহৌ নমথনবা ১৯৮২ দা ত্রিপুরাগী মফম খরদা AFSPA চৎনহনখি; অদুগা ১৯৮৩ দগী ত্রিপুরাগী মফম পুম্নমক্তা চৎনহনখি। ঙসিদি বাঙ্গালীনা খুন্দাবা মফম খরদদি Act অসি লৌথোকস্রে।

অসুম্না Act অসি অল্লাং-নোংপোক লমদমগী অয়াম্বা সরুক্তা চৎনদুনা লৈরি। Act অসি অসাম, মনিপুর, মেঘালয়া, নাগালেন্দ, ত্রিপুরা, অরুনাচল প্রদেশ অমসুং মিজোরামগুম্বা ঈরাং লৈরবা (Disturbed ওইরবা) স্টেটসিংদা থবক তৌবা লান্নীসিংদা অহেনবা অমসুং অথন্নবা পাঙ্গল পিনবা তৌবনি হায়না Act অসিমক্তদা হায়। [An Act to enable certain special powers to be conferred upon members of the armed forces in disturbed areas in the states of Assam, Manipur, Meghalaya, Nagaland and Tripura and the Union Territories of Arunachal Pradesh and Mizoram] মসিদা নত্তনা Act অসি ১৯৯০ দদি Kashmir দসু চৎনহনখি। অদুগা ১৯৮৩ দা পঞ্জাবকী মফম খরদা চৎনহনখি।

## AFSPA সেমখিবগী ৱারি ঃ-

The Armed Forces (Assam and Manipur) Special Power Act, 1958 অসি অহানবদা President না Ordinance অমা ওইনা চৎনহনবা হৌখি।

মদুগী মমিং The Armed Forces (Assam and Manipur) Special Power Act, 1958 কৌই। মসি Indian Parliament তা Budget মীফম ফম্বা লোয়খিবা নুমিৎ ১২ খক্তগী মতুংদা ১৯৫৮ গী মে থাগী তাং ২২ দা থোকখিবা Ordinance নি। Ordinance অসি বিল অমা ওইনা Parliament কী নোংজু মীফমদা পুথোকখি। বিল অসিগী মতাংদা লোক সভাদা সুপ্নতগী পুং ৩ অমসুং রাজ্য সভাদনা পুং ৪ খক্তং খন্নরগা বিল অসি হাউস অনিমক্তা ১৯৫৮ গী সেপ্টেম্বর তাং ১১ দা পাস তৌখি। বিল অসি খন্নবা মতমদা মতম অদুগী হোম মিনিষ্টর ওইরম্বা G.B. Pant না Act অসি য়াম্না তেনবা মতম খরখক্তগী ওইনা চৎনগনি হায়না হাউসতা ৱাসকখি। অদুবু ঙসিদি নাগালেনদা মতম খরা লৌথোক্লরবসু পুম্না চহি ৪৫ চৎনরক্রে।

মনিপুরগী মফম পুম্নমক্তা চৎনরকপা চহি ২৪ হেল্লে, চীংগী লমদা চৎনরকপদি চহি ৪৫ সুরক্লে। Act অসি মীবু ওৎকদবা অমনি হায়বসি ইন্দিয়াদা Human Rights কী মরমদা মীয়াম্না খঙনগ্রিঙে মতম ১৯৫৮ তসু লুচিংবা খরনদি খঙখি। মতম অদুদা রাজ্য সভাগী Deputy Chairman ওইরম্বা D.N. Sapru মক্তা লাম্নীদা অখাকপা লৈতবা তৌনিংবদা তৌবা য়াবা পাঙ্গল পিবসিগীদমক মীফমদা চেকসিন্নবা হায়খি।

১৯৯১ দা UNO গী Human Rights Committee না AFSPA কী মতাংদা হংবা রাহংসিংগী পাউখুম ওইনা ইন্দিয়াগী Attorney General না Act অসি মতম খরখক্তগী ওইবা থৌরাং (Temporary Measures) নি হায়খি। ১৯৫৮ দা হোম মিনিষ্টরনসু মতম খরখক্তগীনি হায়খিবদু ১৯৯১ দসু হায়বদি চহি ৩৩ গী মতুংদসু মতম খরখক্তনি হায়রি। 2037 A.D. দসু হায়বদি ঙসিদগী চহি ৩৩ গী মতুংদসু হায়গদৌরি।

ভারতনা বৃটিসকী লোইনম ওইরিঙৈদা নিংখা তম্না পিয়ু হায়দুনা ভারত মচা পুম্নমক্না হৌরকখিবা ঈহৌসিংগী মরক্তা খ্বাইদগী চাউবা ঈহৌ ওইখিবা ১৯৪২ গী ভারত থাদোকউ হায়বা ঈহৌ (Quit India Movement) অদুবু নমথনবা লাম্নীদা কা হেনবা পাঙ্গল পিনবা Ordinance অমা চৎনহনখি। Ordinance অদুগী মমিং The Armed Forces Special Powers Ordinance, 1942 (Ordinance XLI) কৌই। ১৯৪২ গী বৃটিশকী Ordinance অসিগা ঙসিগী নিংখা তম্নবা ভারতনা অন্নাং নোংপোক লমদম অমসুং কাশ্মীরদা পাল্লিবা The Armed Forces Special Powers Act, 1958 (১৯৭২ দা Amend তৌখ্রবা) অসিগা চপ মান্নে। কাবোন কোপিনি। ১৯৪২ গী Ordinance অসিগী Clause 2,3 অমসুং 4 গা ১৯৫৮ গী Act অসিগী Section 4,5 অমদি 6 কা লোন্দাদা খজিক খরাক খেৎনবা নত্তনা চপ মান্নে। ১৯৪২ গী Ordinance অমদি ১৯৫৮ গী Act অনিমক্না লাম্নী ওফিসার অমনা চীংনরবদি নোংমৈ কাপনিংবা মফমদা কাপসিনবা য়াই; মী সিরবসু মাগী মথক্তা সরকারগী অয়াবা য়াওদ্রবদি কেস তৌবা য়াদে; ফানিংবা মী ফাবা য়াই; ফুনিংবা ফুবা য়াই; তৌনিংবা তৌবা য়াই। অদুবু খেৎনবা অমখক্তি ১৯৪২ গী লোইনম লৈঙাক সন্দোকপা বৃটিসকী Ordinance অদুনা মথক্তী তৌনিংবা তৌবা য়াবা পাঙ্গল অসি কেপটেনদগী তাদবা ওফিসারসিংদা পিরম্মী, কেপটেনগী মখাগী ওফিসারসিংদা পিরমদে অদুগা নিংখা তম্নবা ইন্দিয়ানা ২১ সুবা চহি-চাদা হায়বদি ২০০৪ দা ঐখোয়গী ইথক্তা সিজিন্নরিবা ১৯৫৮ গী Act অসিনদি NCO হায়বদি ডী অমখক কাবা ওফিসারদসু মথক্তী তৌনিংবা তৌবা হাৎনিংবা হাৎপগী পাঙ্গল অসি পিন্নি হায়বসি খঙনি। ১৯৫৮ গী Act অসিদা হেন্না হাপচনবা হায়বদু ১৯৯৩ দা ইন্দিয়াগী Supreme court না মালেমগী মীয়াম্বু মীনম্নবা পিবা য়াথং 'Dos and Don'ts' খরা অদুনি। য়াথংসিং অসিদি ফাগীনি। তৌনিংলগা তৌবা য়াবা; তৌনিংদ্রগা তৌদবসু য়াই; তৌদবগী দন্দি ফংগদবা লৈতে। মরম অদুনা অয়াম্বা মতমদা লাম্নীসিংনা ইনবিদে। মসি ইচম চম্না তাৎনি ॥

## AFSPA, 1958 তা করি য়াওরি?

The Armed Forces (Assam and Manipur) Special Powers (Amendment) Act, 1972, Act NO. 7 of 1972 অসি AFSPA, 1958 কী Amendment Act. নি। মসি ১৯৭২ গী এপ্রিল তাং ৫ দা পাস তৌখি Act অসিদা রাহৌদোক অমগা Section 7 গা য়াওরি।

### Section 1:

Section 1 দা Act অসি The Armed Forces (Special Powers) act, 1958 হায়না খঙনগনি হায়। [This Act may be called the Armed Forces (Special Power) Act, 1958]

### Section 2:

Section 2 দা Act অসি অন্নাং-নোংপোক্কী ষ্টেট তরেৎমক্তা চৎনগনি হায়না ইরি। [It extends to the whole of the States of Assam, Manipur, Meghalaya, Nagaland and Tripura [and the Union Territories of Arunachal Pradesh and Mizoram.]

Section 2 (a) দা 'Armed Forces' হায়বসিগী ৱাহন্দোক্ পিরি। Armed Forces হায়বসি Union গী হায়বদি Central Government কী লান্মী অমসুং Air Forces ওইনা থবক তৌবা কাংবুবু খঙনৈ হায়। [Armed Forces" means the military and the Air Force of the Union so operating:] মসিগী ৱাহন্দোক্তি Act অসিগী মথাদা Air Forces না বোম থাদবা, মেছিন গন কাপথবা য়াই হায়বগী মওংনি। ১৯৭২ দা Act অসি Amend তৌদ্রিঙৈগী ১৯৫৮ গী Act অদুদদি Air Forces হায়বসি "Military Forces and the air Forces operating as land forces." হায়না ৱাহন্দোক পিরম্মী। মসিগী ৱাহন্দোক্তি Air Forces ওইরবসু লৈপাক লৈমাইদা থবক তৌবা তেঙ্গোল ওইনা সিজিন্নগনি হায়বনি। Air Forces ওইরবসু Air Forces ওইনা বোম থাদবা, প্লেন্দগী কাপথবা য়াদে হায়বগী ৱাহন্দোক য়াওরি। মতাং অসি ১৯৫৮ গী Act অদু পাস তৌনবা লোক সভাদা থন্নবা মতমদা M.P., Naushir Bharucha না হায়খি,....it probably means that the Government very mercifully has not permitted the air force to shoot or strafe the area----or to bomb." ১৯৫৮ গী Act অদুগী Section 2(a) গী মতুং ইন্নদি এরোপ্লেন্দগী বোম থাদবা, কাপথবা নোংমৈ মরু চাইথদুনা কাপথবা য়াদে হায়বসিদা চিংনিনিংঙাই লৈতে। Air Forces ওইরবসু কংফালগী তেঙ্গোল ওইনা সিজিন্নগনি হায়বনি। অদুবু মতম অদুগী লোক সভাগী মীফমদা ইন্দিয়াগী হোম মিনিষ্টরনদি ৱাফম অসিগী মতাংদা করিসু হায়খিদে। ১৯৬৬ তা মিজোরামদা মিজোসিংনা খুন্দাবা খুনসিংদা এরোপ্লেন্দগী বোম থাদখিবদু Act অসিগী Section 2(a) গী মতুং ইন্না লাক্লি।

মরম অদুনা ১৯৫৮ গী Act অদুদা এরোপ্লেন্দগী বোম থাদনবগী পাঙ্গল পিরমদবদু ১৯৭২ গী Amendement Act অসিদদি পিরে হায়বদা অকায়বা লৈতে। মীৎয়েং অসিদগী য়েংলবদি ১৯৭২ গী Amendement Act অসি ১৯৫৮ গী Act অদুদগী থাক নেমথরকপনি। ঙসি চৎনরিবা Act অসিদি এরোপ্লেন থৌবা পাইলোট অমনা চীংনরবদি মীচম লৈবা খুনদা অমদি মীয়াম তিনবা মফমদসু বোম থাদবা নত্রগা মেছিন-গন খপথবা য়াবগী পাঙ্গল পিরে।

Act অসিগী Section 2(b) দা Disturbed Area হায়বসি সরকারনা (Central Government নত্রগা State Government ) না Act অসিগী Section 3 গী মথাদা Disturbed Area ওইরে হায়না লাউথোকপা মফম অদুবু খঙনগনি হায়না ইরি। ["Disturbed area" means an area which is for the time being declared by notification under Section 3 to be disturbed area.]

Act অসিগী Section 2 (c) দা Act অসিদা ৱাহন্দোক পিরমদবা ৱাহৈ পুন্নমক্কী ৱাহন্দোক অসি The Army Act of 1950 অমদি The Air Force Act 1950 দা পিরিবা ৱাহন্দোক অদু ওইনা লৈগনি হায়না ইরি। [All other words and expressions used herein, but not defined in the Air Force Act, 1950, or in the Army Act 1950 or in the Navy Act, 1950, shall have the meaning respectively assigned to them in these Acts.]

## Section 3:

Act অসিগী Section 3 দা Act অসি চৎনবা ষ্টেট খুদিংমক্তা ষ্টেৎ অদুগী গোর্ভনরনা নত্রগা Central Government না ষ্টেট অদুগী লম পুন্নমক্তা নত্রগা মচেৎ খরদা তং তাদবা (Disturbed) নত্রগা খুদোংথীনীঙাই ওইরবা (Dangerous) ফিভম লৈ হায়না নিংলবদি অমদি মদুগীদমক্তা মীয়ামগী লৈঙাক পাঙ্গল (Civil Power) বু মতেং পাংনবা Armed Forces সিজিন্নবা মথৌ তাই হায়না নিংলবদি সরকারগী গেজেটতা চে থোক্লগা ষ্টেট অদুগী লম পুন্ন মকপু নত্রগা লম মচেৎ খরবু Disturbed area ওইরে হায়না ষ্টেট অদুগী গোর্ভনরনা নত্রগা Central Government না লাওথোকপা য়াই হায়না ইরি। [Section 3. If in relation to any State or Union Territory to which this Act extends, the Governor of the State, or the Administrator of the Union Territory, or the Central Government in either case, is of the opinion that the whole or any part in such a disturbed or dangerous condition that the

use of Armed Forces in aid of civil power is necessary, the Governor of that State or the Administrator of that Union Territory or the Central Government as the case may be, may by notification in the official Gazette, declare the whole or such part of such State or Union Territory to be a disturbed area.]

ষ্টেট অমদা AFSPA চৎনরে হায়না লাওথোক্লগা ষ্টেট অদুদা লান্মী সিজিন্নবা হেক্তা য়াবা নত্তে। Act অসি চৎনরে হায়রবা ষ্টেটতা Act অসিগী মখাদা Disturbed area ওইরে হায়না লাওথোক্কবদি ষ্টেট অদুদা লান্মী সিজিন্নবা য়াদে। Act অসি অদুম লৈজরবসু Disturbed area নি হায়না লাওথোক্কবা ষ্টেট নত্রগা মফম অদুদা লান্মী সিজিন্নবসু য়াদে। ঙসি Act অসি অরাং-নোংপোক্কী ষ্টেট তরেৎ মক্তা লৈ অদুবু Disturbed area নি হায়না লাওথোক্কবা মফম লৈ। মদুদা লান্মী সিজিন্নবা য়াদে।

য়াম্না মরু ওইবা ৱাফম অমদি Act অসিগী Section 3 দা য়াওরিবা the use of Armed Forces in aid of civil Power. হায়বা ৱাহৈসিং অসিনি। AFSPA কী মখাদা Disturbed area নি হায়না লাওথোকপা মফমদা লান্মীনা থবক তৌবসি মীয়ামগী লৈঙাক (Civil Administration) গী মতেং পাংনবনি, মখোয়না মরোমদোম মনিং তৌনা থবক তৌনবা নত্তে। অদুবু মসিগা য়াম্না তাইয়োম্না ঐখোয়গী অরাং-নোংপোক লমদমদদি লান্মীনা মরোমদোম মনিং তৌনা থবক তৌবগী অমদি অহোইনদুম মখোয়না Civil Administration গী মথক্তা লৈরগা থবক তৌবগী মওং মানবা খুদম কয়ামরুম লৈ। Luithukla Vs Rishang Keishang (1988) 2 GLR 159 হায়রিবা ১৯৮৮ গী Case অসিনা Armed Forces না মী ফাবদা মনিং তৌই হায়বসি ময়েক সেংনা উৎলি। Case অসি Armed Forces না চহি ৫ গী মমাংদা ফাখিবা মী অমা কদায়দা থমথ্রবগে হায়বদু লেপনবা সোক্লখিবা Case নি। Case অসিদা Court না Army না Civil Administration বু মতেং পাংবা (Aiding civil power) হায়বসিগী ৱাহন্দোক লাম্না লৌরে হায়খি। AFSPA কী মতুং ইন্না Army Administration না মতেং পাংবা নত্তনা মথক্তা নিং-খা তম্না থবক তৌবা য়াদে হায়না Guwahati High Court না হায়খি। Court অসিনা Army দা Criminal Procedure Code কী মতুং ইন্না থবক তৌ হায়বসু হায়খি। সক্তিগী মতাংদসু Act অসিগী মখাদা Union গী হায়বদি Central Government কী মখাদা লৈবা লান্মীসিংদা পিরিবা পাঙ্গল পুম্নমক State কী লান্মী অমদি পুলিসসিংদা পিদে। মতেং পাংনবা লৈবনি হায়রবদি State Force না মখোয়বু লৌবা নত্রগা লৌদবা য়াফম থোকপনি। অদুবু হেন্না পাঙ্গল লৈবা তৌনিংবদা তৌবা য়াবা তেঙ্গোলবু পাঙ্গল লৈতবা তৌনিংবা তৌবা য়াদবা তেঙ্গোলনা করমনা সিজিন্নগদৌরিবনো? মরম অদুনা মতেং পাংনবা থম্বা হায়বসিগী ৱাহন্থোক ময়েক্ সেংদোকফম থোকই। ৱাহৈগী ৱাফম নত্তনা থবক্তা করমনা তৌগদগে হায়বদু ময়েক সেংনা ইফম থোকই।

India গী Supreme Court তা সোক্লখিবা Case অমদা Act অসিদা ৱাৎলম্নবসু Supreme Court নদি Armed Forces সিংদা মতিক চাবা Advice পিখি।

১৯৯৮ কী Case অমা হায়বদি Naga People's Movement for Human Rights Vs The Union of India (1998) 2SSC 109-and AIR 1998 SC 431 দা মখাগী অসুম্না পাউতাক পিখি.,

"The powers conferred under the Central Act (i,e, The Armed Forces Special Power Act, 1958) only provide for cognizance of offences, search, seizure and arrest and destruction of arms dumps and shelters and structures used as training camps or as hideouts for armed gangs. The other functions have to be attended by the state criminal justice machinery, viz., the police, the magistrates, the prosecuting agency, etc. This would show that the powers that have been conferred under Section 4 of the Central Act do not enable the armed forces of the Union to supplant or act as substitutes for the civil power of the state and do Central

Act only enables the armed forces to assist the Civil Power of the state in dealing with disturbed conditions affecting the maintenance of public order, in the disturbed area." অদুবু থবক্তদি মসিগী তায়োম্বনা তৌরি।

Section 3 গী মতুং ইন্না Disturbed area নি হায়না লাওথোকপসি State কী Governor নত্রগা Central Government না সরকারগী গেজেটতা ফোংলগা লাওথোকপা ঙম্মী হায়না ইরি। ১৯৫৮ গী Act অদুদদি মসি State Government খক্তনা ঙম্মী, Central Government না ঙম্বগী য়া য়াওহ্নমদে। Central Government য়াওসিন্নকপসি ১৯৭২ গী Amendement Act তগীনি। ১৯৫৮ দা Act অসি পাস তৌনবা হোৎনবদা লোক সভাদা য়েৎনখিবা অমদি খন্নখিবা অসি State না Act অসি সিজিন্নরগা ভারত লাম্মী সিজিন্নবা ঙম্না অসি খক্তদনি। মতমদুগী হোম মিনিষ্টর না Act অসিগী মতেংনা State না Union গী লাম্মীবু সিজিন্নরগা ভারত লাম্মী সিজিন্নবা ঙম্নবনিনা State কী পাঙ্গল হেনগৎপনি হায়খি। অদুবু ১৯৭২ গী Amendement Act অসিনদি State কী পাঙ্গলবু Central Government না সুপ্নমদা সোহ্নহনবা য়াবগী মওংনি। হৌজিক্তি State কী অপাম্বদু Central Government না ককথৎপা ঙমলে। মসি ত্রিপুরাদা থোকখি। ত্রিপুরাগী State Government গী অপাম্বগী মাইয়োক্তা Central Government না ষ্টেট অসিদা Disturbed area লাওথোকখি। ১৯৯০ দা অসামদসু লোকেল পার্টি AGP না পায়বা State Government অদু মুথৎলগা Central Government না Disturbed area লাওথোকখি। Section 3 গী মতুং ইন্না হায়রা Disturbed area লৈরম্বদগী State Government না লৌথোক্লবসু Central Government না অমুক হন্না পানসিনবা ঙম্মী। মতাং অসিদা Section 3 অসিমক্তদা মসানা মসাবু ককচবা মওং অমা লৈবা উই। Civil Power বু মতেং পাংবা হায়বদি State Government পু মতেং পাংবা হায়বনি। অদুগা মতেং নিগদবা কাংবুনা মতেং পামদে হায়রবসু মতেং পিগদবা কাংবুনা নম্ফদা মতেং পিদবা য়াদে হায়দুনা নমফু তৌবা য়াই, তৌবসু তৌখি হায়বসি মসাগী য়া মসানা ককচবা নত্রা? মরম অদুনা মতেং পাংবা হায়বগী মহৎতা লাম্মীগী ওপরেসন তৌহনবা হায়বনা চানবা য়াম্না হেল্লি।

১৯৭২ গী Amendement Act খন্নবদা লোক সভাদা MP, S.D. Somasundaram না Disturbed area লাওথোকপগী পাঙ্গল অসি Central Government না পিবগী মথৌ তাদে মরমদি ইন্নাং লৈরবা ষ্টেট অমদা President না খুৎ থিংজিন্নিংবা মতমদা খুৎ চংবা য়াবগী হক Constitution দা পিরি হায়খি। Indian Constitution গী Articles 249, 250, 252, 253, 356 গী মতুং ইন্না Parliament না State কী আইন সেম্বদা খুৎ থিংজিনবা য়াবগী হক পিরি। Article 256 কী মতুং ইন্নসু State সিংনা Central Government না সেম্বা আইন মতুং ইন্না চৎকদবনি হায়রি। Article 257 (1) গী মতুং ইন্না State না থবক তৌবদা Central Government কী Extensive Power দা অকায়বা পিবা য়াদে হায়রি। Mr. S.D. Somasundaram গী য়াফম অদু তাবিদনা AFSPA দসু Central Government না North-east কী State সিংবু নমথরগা মথোয়গী মন্না তাদনা Disturbed area নি হায়না লাওথোকপগী সক্তি অদু লৈনবা তৌখি।

Section 3 গী লোন্দাদা State অমা নত্রগা সরুক খরা লাম্মীগী মতেং মথৌ তাবা চন্নাংনবা অমসুং খুদোংথিনিংঙাই ওইবা ফিভমদা লৈরে হায়না খল্লবদি (.....is of the opinion that the whole or any part is in such a disturbed of dangerous condition that the use of Armed Forces in aid of civil power is necessary). লম অদু Disturbed area নি হায়না লাওথোকপা য়াই হায়বসি ময়েক ইসেং সেংদবা, খুদোংথিরে হায়জল্লগা তৌনিংবা তৌবা য়াবগী মওংদা য়াহন্দোক পিবা য়াই। মসিদা area অমা Disturbed ওইরে হায়বসি করম্বা ফিভমদা হায়গদগে হায়বসি পন্দে। State Government না নত্রগা Central Government না Disturbed area নি হায়না লাওথোক্লবা মতমদা মদু মরম চাত্রা হায়বদু কোর্টতা য়েৎনন্নিংঙাই মচাকসু পিদে। Disturbed and dangerous condition লৈরে হায়রগা লোয়রে।

মসিসু তৌনিংবা তৌবা য়াবা মনিং তৌবগী হক পিবনি। য়াফম অসি Indrajit Barua Vs State of Assam গী কেসতা মতিক চানা কুপ্না নৈনখি। কোর্টনা Disturbed and dangerous condition হায়বসি খন্ননিংঙাই ওইদে সরকারনা অমদি মীয়াম্না খঙই হায়না য়াম্না ময়েক সেংদবা য়ায়েন অমা পিখি।

Disturbed area গী য়াহল্লেক অসি The disturbed Area (Special courts) Act, 1976 তদি খরা ময়েক সেংনা পি। Act অসিদা অসুম্না ইরি, "....a state government is satisfied that......there is, in any area within a state extensive disturbance of the public peace and tranquility, by reason of differences or disputes between members of different religions, racial language or regional groups or castes or communities it may declare such are to be a disturbed area. AFSPA দদি মথক্কী অসুম্না ময়েক সেংনা ইদে। মালেমগী চৎনবীদসু Disturbed area, Emergency, নচিংবগী য়াহল্লোক অসি য়াম্না ময়েক সেংনা ইবসি চৎনৈ। AFSPA দদি মসি তৌদে।

Indian Constitution দা Emergency লাওথোকপগী মতাংদা করম্বা মতমদা লাওথোক্কদগে হায়বসি ঈ। ময়েক সেংদবা য়াহৈ য়াওরম্বদা মদু সেমদোকখিবসু লৈখ্রে। Indian constitution গী Article 352 (1) অসিদা সেমদোক্ত্রিবৈঙ দা President না Emergency লাওথোকপসিগী মরম পিবদা "... is threatened whether by war or external aggression or internal disturbance he (President) may, by proclamation, make a declaration to the effect." হায়না ইরম্মী। মসিদা য়াওরিবা Internal disturbance হায়বা Emergency লাওথোকপগী মরম অমা য়াওরিবসি য়াম্না ময়েক সেংদবা, তৌনিংবা তৌবা য়াবা মরম অমনি। মসিগী খুদোংচাবা লৌদুনা ভারতকী Prime Minister Indira Gandhi না 1975 তা Emergency চলাইখি। ময়েক সেংদবসি লৌথোক্লবগীদমক 44th Amendment Act, 1978 না Internal disturbance হায়বসিগী মহুৎতা Armed rebillion হায়বা য়াহৈনা মহুৎ সিন্দোকখি। Internal disturbance হায়বসিদা ময়েক সেংদবা অসিগা Disturbed area হায়বসিদা ময়েক সেংদবা মানবা লৈ। Disturbed area হায়বসিগী ময়েক সেংবা য়াহন্দোক পিফম থোকই। l area গী য়াহন্দোক ময়েক সেংনা তৌবা য়ানবনি।




**Section 4 :**

The Armed Forces Special Powers Act, 1958 অসিনা মীওইবগী হকপু খাইদগী য়েঙ্গা খোংগাউনরিবসি Section 4 অসিননি। [Section 4. Any commissioned officer, warrant officer, non-commissioned officer or any other person of equivalent rank in the Armed Forces may, in a disturbed area.

(a) If he is of opinion that it is necessary to do so for maintenance of public order, after giving such due warning as he may consider necessary,. fire upon or otherwise use force, even to the causing of death, against any person who is acting in contravention of any law or order for the time being in the disturbed area prohibiting the assembly of five of more persons or the carrying of weapons or of things capable of being used as weapons or firearms, ammunition or explosive substances.

(b) If he is of opinion that it is necessary to do so, destroy any arms dumped, prepared or fortified position or shelter from which armed attacks are made or are likely to be made, or any structure used as a training camp for armed volunteers or utilized as a hide-out by armed gangs or absconders wanted for any offence.

(c) arrest, without warrant any person who has committed a cognizable offense or against who a reasonable suspicion exists that he has committed or is about to commit a cognizable offense and may use such force as may be necessary to effect the arrest;

(d) enter and search without warrant any premises to make any such arrest as aforesaid or to recover any person believed to be wrongfully restrained or confined or any property reasonably suspected to be stolen property or any arms, ammunition or explosive substances believed to be unlawfully kept in such premises: and may for that purpose use forces as may be necessary.]

Act অসিগী Section 4 (a) দা Commissioned office, warrant officer, non-commissioned officer নত্রগা Air force কী মখোয়সিগা ফম মান্নবা ওফিসারসিংনা Disturbed area নি হায়না লাওথোকখ্রবা মফমদা মীয়ামগী মওং ডাবা ফিভম (Public order) ঙাকপদা মথৌ তাই হায়না খল্লবদি মানা মতিক চারে হায়না খনবা Warning পিরগা আইন (Law) গী মাইয়োক্তা থবক তৌরিবা মীওই অমগী নত্রগা মী ৫ নত্রগা মদুদগী হেন্না পুনবা য়াদবা অথিংবা লৈবা নত্রগা খুৎলাই নত্রগা খুৎলাই ওইনা সিজিন্নবা য়াবা পোৎ পুবা নত্রগা নোংমৈ, নোংমৈ-মরু নত্রগা পোকখায়বা য়াবা পোৎ পুবা য়াদবগী অথিংবা লৈবা Disturbed area গী মফম অমদা মীওই অমগী মথক্তা মী সিবা থোকহল্লবসু নোংমৈ কাপসিনবা নত্রগা পাঙ্গল সিজিন্নবা য়াই হায়রি।

Section 4 (b) দনা মথক্তা পিরিবা ওফিসারসিং অসিনা তৌবা মথৌ তাই হায়না খল্লবদি খুৎলাই পৈফম, নত্রগা মদুদগী খুৎলাইনা এটেক তৌরকপা নত্রগা তৌরক্কদৌবা মানবা সেম-সারবা লানফম নত্রগা লোৎফম (থুপফম) নত্রগা মরাল অমগীদমক ফাগদৌবগী তান্নরিবা মীরোৎসিংনা নত্রগা খুৎলাই পায়বা খুৎপুনা লোৎফম ওইনা সিজিন্নবা নত্রগা খুৎলাই পায়বসিংগী ত্রেনিং তৌফম ওইনা সিজিন্নবা য়ুম-কৈ অমা হেক্তা থুগাইবা য়াই হায়না পাঙ্গল পিরি।

Section 4 (c) দা মথক্কী ওফিসারসিং অসিনা কেস তৌবা য়াবা মরাল অমা তৌখ্রবা মীওই নত্রগা তৌখ্রে হায়না মরম চানা চিংনরবা মীওই নত্রগা অদুগুম্বা মরাল অমা তৌগদৌরবা মীওই অমবু হেক্তা কোর্টকী চে (warrant) য়াওদ্রবসু ফাবা য়াই অমসুং ফানবা হোৎনবদা ফাবদা মথৌ তাই হায়বা খনবা Force সিজিন্নবা য়াই হায়রি।

Section 4 (d) দা মথক্তা পিরিবা ওফিসারসিং অসিনা মী ফানবগীদমক নত্রগা আইনগী ব্রাংমদা ফাজিন্দুনা থমখ্রবা মী কন্নবগীদমক নত্রগা আইন্না য়াদবা মওংদা লন-থুম, নোংমৈ, মরু নত্রগা পোইখাইনবা মচাক লোৎতুনা থমলে হায়না চিংনরবদি কোর্টকী অয়া-চে (warrant) যাওদনা চংনিংবা মফমদা চংসিনবা য়াই হায়রি।

Section 4 গী Sub-sections (a), (b), (c) অমসুং (d) দা ইরিবসিং অসি নৈনরবদি Armed Forces কী Non-commission officer হায়বসি ভী অমা কাবা Lance-Naik ফাউবা Non-commission officer ওইরবনি। জব়ান, Rifleman গী হেক মথক্তা লৈবা ফমনি। ইচম চম্বা সিফাই মচা অমনা অহানবা কাবা ফমনি। মরম অদুনা সিফাই মচাদগী ফম মচা অমখক্তং কারবা লান্মী অমনা তৌনিংবা তৌবা য়াই হায়বনি। বৃটিসসিংনা লোইলম ইন্দিয়াদা পাল্লম্বা AFSPA দদি মনিং তৌবগী পাঙ্গল অসি Captain দগী ভাদবা Officer দা পিরম্মী। মদুমকসু হেনমল্লি, লোইলম লৈঙাকলোন ওইবগী তৌবনি হায়নরিবনি। অদুবু নিংখা তম্রবা ভারতনদি মসাগী মীয়ামগী মথক্তা মনিং তৌবা য়াবগী পাঙ্গল অসি ভী মচা অমতং কাবা সিফাই মচাদফাউবা পিরি। মসি ইন্দিয়াদা Democracy লৈবগী খুদমলা?

Section 4 (a) আইনগী মাইয়োক্তা থবক তৌবা মীদা Warning পিরবা মতুংদা নোংমৈ

কাপসিনবগী পাঙ্গল অসি ভী অমা কাবা সিফাই মচা অমদা পীরি। আইনগী মাইয়োক্তা থবক তৌবা মী (Any person who is acting in contravention of any law) হায়বসিদি সাইকল হুরানবা, য়েন হুরানবা নত্রগা গাড়ী থৌবদা লম্বীগী য়েৎতা থৌরম্বা মীবুসু খণ্ডনবা য়াই। মখোয়দা নোংমৈনা হেক্তা কাপসিনবা য়াই হায়বনি, মসি মীওইবগী চৎন-কাংলোন ওইবা য়ারোই। মদুদা মী সিরবসু য়াই হায়বসু হায়রি। মথংদা মী মঙা নত্রগা মদুদগী হেন্না মী পুনবা য়াদবগী অথিংবা লৈবা মফমদা মী মঙা নত্রগা মদুদগী হেন্না পুল্লন্রবসু ভী কাবা সিফাই মচা অমনফাওবা হেক্তা কাপসিনবা, নমফু সিজিন্নবা য়াই, মদুদা মী হাৎলবসু য়াই হায়রি। মী ৫ পুল্লম্বগী চৈরাকসু সিবনা ওইরবনি। মতাং অসিদা মী ৫ নত্রগা মদুদগী হেন্না পুনবা হায়রিবসিগী মতাংদা মী পুনবা (Assembly) হায়বসি ময়েক সেংনা তাক্তে হায়না Act অসিগী মরমদা খন্নবা মতমদা UNO গী Human Rights Committee না য়েৎথি। তসেংবনি, ইমুংগী থৌদোক রাথোক্কী পুনবা খণ্ডনবসু য়াই। Act অসিগী মখাদা মী সিবগী পোলোইবদা মী ১০/২০ পুনবা অদুদসু নোংমৈ কাপসিনবা য়াই; মদুদা মী সিরবসু য়াই। মথংদনা খুৎলাই পুদুনা চৎলম্বা নত্রগা খুৎলাই ওইনা সিজিন্নবা য়াবা পোৎ পুদুনা চৎলম্বা মী (the carrying of weapons or of things capable of being used as weapons) অমদসু ভী অমা কাবা সিফাই মচাগী মথক্কী লান্মীসিংনদি নোংমৈ কাপসিনবা নত্রগা Force সিজিন্নবা য়াই, মদুদা মী সিরবসু কায়দে হায়রি। খুৎলাই (weapon) হায়বসি রাহন্দোক য়াম্না পাকই। হনুবা হনুবীগী চৈসুসু খুৎলাই ওইনা সিজিন্নবা য়াই। হেঞ্জাং সেম্লবা হৈজ্রাংসু খুৎলাই ওইনা সিজিন্নবা য়াই। সীং য়ান্নবা থাংজৌ, সিংজং, লৈপাক তৌনবা য়োৎপাক, তোকসু খুৎলাই ওইনা সিজিন্নবা য়াই। নুপামচাসিংগী সান্নপোৎ নাওরি, গুলেনসু খুৎলাইনি হায়বা য়াই। চীংগী লমদা মীয়াম্না তোয়না পুরগা চৎনবা তা নত্রগা লীরুং-তেন সু খুৎলাইনি হায়বা য়াই। মরম অদুনা সা তানবদা সিজিন্নবা তা অমা পায়দুনা চৎলন্রবসু নোংমৈনা কাপতুনা হাৎপা য়ারে।

মরম অদুনা Act অসি য়াম্না চেকসিন্দনা, রাখল থাদদনা অমদি রাওই-থওইদনা ইথিবা Act নি হায়ফম থোকই। অরোইবদা নোংমৈ, গুলি নত্রগা পোকখায়বা য়াবা পোৎ-চৈ (Fire -arms, ammunition or explosive substances) পুদুনা চৎলম্বা মীবুসু কাপতুনা হাৎপা য়াই হায়রি। নোংমৈ (Fire-arms) হায়বসিসু সরকারনা Permit পিবা অসুবী নত্রগা কারটুসপু খণ্ডনবসু য়াই। Permit পিবা নোংমৈ নত্রগা পিদবা নোংমৈ হায়বগী খেন্নবা তাক্তুনা ইরম্লবদি ফত্তবা থোক্তবা য়াই। অদুবু লোন্দা অসিনদি Permit পায়বা নোংমৈ পুরগা চৎপা মীবুসু কাপতুনা হাৎপা য়াবগী য়াথং পিবগুম তৌরি। পোকখাইবা য়াবা পোৎ হায়বসিসু সরকারনা অয়াবা পিদুনা লম্বী সেম্বা ঠিকাদারসিংদা পিবা Geletine (ঐখোয়নদি লফোই হায়না খণ্ডনবা) বুসু খণ্ডনবা য়াই। সরকারগী অয়াবা য়াওরগা Geletine পুবা মীবুসু কাপতুনা হাৎপা য়াই হায়বগুম তৌই।

মথক্তা পঞ্জখিবা মতিক চারে হায়না খনবা Warning পিবগী মতাং অদুসু মনিপুরগী খ্বায়দগী মমিং চৎলবা অহল ওইরবা উকিল, অহম্বেম নিলমনীনদি অয়াম্বনা Warning ইপি পিদনা হেক্তা কাপসিল্লি হায়। মহাক্না ইখি, "Journalistic investigations and private institutional inquiries disclose that no warning had been given at all by the officers of the armed forces before they resorted to firing upon and killing of suspected person, whether in cold blood or in"encounter." মহাক্কী রাফম অসি Parliament তা নত্রগা Asssembly দা নত্রগা Human Rights Commission সিংগী Forum সিংদা খন্নফম থোকই। আইনগী লাইরিক্তা ইরবসু থবক্কী মতমদা কনানসু Warning পিদে হায়বসি করিগীনো অমদি পিদ্রবদি করি তৌরগা পিহনগদগে হায়বসিগী মতিক চাবা থৌরাং তৌফম থোকই। থবক্তা য়ারোইদবা রাহন্দোক য়াওদবা রাফমদি আইন ওইবা য়াদে।

Section 4 (b) দা ইরিবা অসিদসু মরাল অমগীদমক ফানবা তান্নরিবা মীওইসিংনা নত্রগা খুৎলাই পায়বা খুৎপুসিংনা লোৎফম ওইনা সিজিন্নবা য়ুম-কৈ (Any structure..........utilized as a hide-out by armed gangs or absconders wanted for any offense) খুদিংমক থুগাইবা য়াই হায়বা য়াওরি। মসিদসু ব্রাহন্দোক পাকমনবগী অরুবা থোরক্লনি। মরাল অমগীদমক ফানবা তান্নরিবা মী (Absoconders wanted for any offense) হায়বসি যন হুরানবগী পুলিসনা তান্নবা মী ওইবসু য়াই। যন হুরানবা অমনা লোৎলন্বা য়ুম থুগাইবা য়াই হায়না Act অসিনা লান্নীদা Power পিবনি।

খুৎলাই পায়বা খুৎপুনা সিজিন্নবা লোৎফম (a hide-out utilized by armed gangs) হায়বসিসু কাংলুপকী ইরাং থোক্কনবা অব্রাং-নোংপোক লমদমদদি অতোপ্পা কাংলুপনা এটেক তৌরকপদগী ঙাকথোক্লবা থাং তেন পায়বা খুৎপু (Armed gang) গী লোৎফম ওইবসু য়াই । মদুগুম্বা মফমদা নোংমৈ কাপসিন্দুনা মী হাৎপসু Act অসিনা অয়াবা পিবগা চপ মান্নে।

Section 4 (c) দা ইরিবা মী ফাবগী মতাং অসিসু ব্রাহম্বোক পাকমল্লি অমসুং হন্দোকনিংবা মওংদা হন্দোকপা য়াই। কেস তৌবা নত্রগা ফাবা য়ারবা মরাল অমা তৌরবা মী (Any person who has committed a cognisable offence) অমবু Warrant য়াওদনা হেক্তা ফাবা য়াই হায়রি। কেস তৌবা নত্রগা ফাবা য়াবা মরাল (Cognisable offence) হায়বসিদি কলাবজার তৌরম্বী নুপীনা তৌরিবসিসু খঙনবা য়াই। মরাল অমগীসু Warrant য়াওদনা হেক্তা ফাবা হায়বসি Police অমসুংCourt কী থবক্তা খুৎ থিংজিনবসু তাই। Armed Forces না খুৎ থাবা য়াবা Cognisable offence হায়বসি খরা মচা খায়না তাকফম থোকই। য়াম্না কা হেনবা অমনা অসিগুম্বা Cognisable offence অমা তৌরে নত্রগা তৌগদৌরে হায়না Armed Forces কী NCO অমনা মরম চানা চীংনবা লৈরবা মী (a reasonable suspicion exists that he has committed or is about to commit a cognizable offense) অমবু Warrant য়াওদনা ফাবা য়াই হায়বসিনি। মসিসু ব্রাহম্বোক পাকমল্লি নত্রগা Armed Forces তা পাঙ্গল কা হেন্না পিমনবা তাগনি। ফাবা নত্রগা কেস তৌবা য়াবা মরাল অমা তৌরে নত্রগা তৌগদৌরে হায়না চিংনরবদি ফাবা য়াই হায়বসিদি ফানিংবা মী ফাবা য়াই হায়বনি। চিংনবদা, মদুসু তৌগদৌরে হায়না চীংনবদা মী ফাবা য়াই হায়বসিদি হেনমনবা পাঙ্গল পিবনি, মীওইবগী চৎন-কাংলোন ওইবা য়ারোই। মসিগী মথক্তা ফানবা হোৎনবদা মথৌ তাবা পাঙ্গল সিজিন্নবা য়াই হায়রি। মথৌ তাবা পাঙ্গল হায়বসি সিজিন্ননিংবা পাঙ্গল সিজিন্নৌ হায়বনি; সিজিন্নরিবা পাঙ্গল অদু হেনমনখিদুনা সিরবসু কায়দে হায়বনি। ফাগে তৌবদা চেনগে তৌবদগী কাপ্পদা সিবনি হায়রগা মখুৎ চল্লবা মীবু হাৎলিবসিসু মথৌ তাবা পাঙ্গল সিজিন্নবদা সিবনি হায়রগা করিসু মরাল লৈতে। মসিসু ব্রাহম্বোক পাকমল্লি অমসুং Armed Forces না হাৎনিংবা মী হাৎলু হায়না পাঙ্গল (Power) পিবগা চপ মান্নে। Section 4 (a) দা পিরিবা কাপনিংবা মীদা সিরবসু কাপসিনবা য়াই হায়রিবা পাঙ্গল অসি পিরমদ্রবসু Section 4 (c) গী মতুং ইন্না হাৎনিংবা মী হাৎপদা অকায়বা লৈতে।

Section 4 (d) দা Warrant য়াওদনা Armed Forces তী Non-commission officer (NCO) অমদি মসিগী মথক্কী ওফিসার অমনা চীংবু চীংনরবদি চংনিংবা মফমদা চংবা য়াই অমদি মদুগীদমক সিজিন্ননিংবা পাঙ্গল Force সিজিন্নবা য়াই হায়। নুপীগী কা ওইগে ওইয়ু, সনামহি কা ওইগে ওইয়ু, অতোপ্পা খুনগী মী চংবা য়াদবা অদ্রোগী হয়াউবদা ওইগে ওইয়ু চংনিংবদা চংবা য়াই হায়বনি। Armed Forces না মীগী নাৎ, চৎনবী, Privacy অমত্তা ঙাক্কবা য়াই হায়বনি। মসিগী মথক্তা মখোয়না মদু তৌরকপদা অথিংবা পিরুরবদি হাৎপা য়ৌনা কনবা Force সিজিন্নবা য়াই। মসিগীদমক মী হাৎপা য়ুম থুগাইবা য়াই। Act অসিনা অব্রাং-নোংপোক লমদমগী ফুরুপসিংগী নাৎ সিংনবা কায়দে হায়না Armed Forces তা পাঙ্গল পিবনি।

Section (4) অমসুং Indian Constitution:

১৯৫৮ AFSPA কী মতাংদা লোক সভাদা খন্নবা মতমদা ইন্দিয়াগী হোম মিনিষ্টরনা Act অসি Indian Constitution and Criminal Procedure Code (CrPC) গী মচাকসিং (Provisions) গী মতুং ইন্না হায়বদি মখোয়গী মখাদা সিজিন্নগদবনি হায়খি। মহাক্না হায়খি, "...these persons (military personnel) have the authority to act only within the limits that have been prescribed generally in the CrPc or in the constitution." Armed Forces কী মীওইসিংনা Constitution অমসুং CrPC গী ব্রাংমদা চৎপা য়াদে হায়বনি। মরম অদুনা Act অসি সেমখিবা মীওইসিং অদুগী ব্রাখলগা ঙসি Act অসিগী মহে ওইনা মীওইবগী হকপু খোঙ্গাওনরক্লিবা অমদি Constitution অমসুং CrPC গী ঙমখৈদগী কয়াম হেন্দোক্লা চৎলবগে হায়বদু খঙলগা Act অসি কয়াম ফত্তবা Act নো হায়বসি খঙগনি।

হৌজিক Act অসিনা Constitution অমসুং CrPC গী ঙমখৈদগী কয়াম হেন্দোক্লা চৎপগে হায়বদু য়েংসি।

Armed Forces Special Powers Act. 1958 অসিনা Indian Constitution গী থরাই ওইরিবা Article কয়াবু থুগাই। Act অসিনা Indian Constitution গী Basic Structure বু সক্তম মাংহল্লি।

Indian Constitution গী Part III দা Fundamental Rights কী মরমদা সুগাইনা ইরি। মসিবু অখঙ-অহৈসিংনা Constitution অসিগী অচুম অরানগী ব্রাখল (Conscience of the constitution) অমসুং Constitution অসিগী থরাই (Soul of the constitution) নি হায়নৈ। India গী মমিং লৈবা Constitution Lawyer, N.A. Palkhivala না ইরম্মী, "..........they rights constitute in material terms the anchor of the constitution and provide it with the dimension of permanence." Constitution অসিনা মাইকৈ খঙদনা চৎখিগদবদগী কনগদবসি (anchor ওইগদবসি) Fundamental rights অসিননি। Constitution অসিগী হোংদোক হোংজিল য়াদবা লেংদবা মতৌসু Fundamental rights অসিনা কনগদবনি। মসিবু Armed Forces Special Powers Act, 1958 না সিংনৈ।

Indian Constitution গী Article 21 দা ইরি, "No Person shall be deprived of his life or personal liberty except according to procedure established by law." Law না সেমগৎ সাগৎতুনা লিংখৎলবা থৌওং (Procedure established by law) না তৌবা নত্তনা মীগী পুন্সি হিংবগী হক নত্রগা লন্নাই নিংতম্বা মাংহনবা তৌরোইদবনি হায়বনি। Article 21 অসিদা পিরিবা Rights to life হায়বসি ইচম চম্না হিংবঙাক্তা নত্তে, মীওইবগী ইজ্জৎ য়াওনা হিংবা অদুনি; মীওইবা অমনা হিংবদা মতিক চাবা পুন্সি অদুনি। AFSPA কী Section 4 না মীওইবগী হিংবগী হক অসি মাংহল্লি। Central Government কী পিকপ্রবা ভী অমখক কাবা লান্মী অমদি মসিগী মথক্কী ওফিসারসিংনা চিংনবখত্তদা নোংমৈ কাপসিনবা য়াই অমসুং মদুদা সিরবসু কায়দে হায়বসি Constitution গী Article 21 অসিবু সিংনবনি। Article 21 দা য়াওরিবা Personal liberty ফংহন্দবা য়ারোই হায়রিবসিসু AFSPA কী Section 4 না ককথৎলি। Section 4 (c) দা চীংনরবদি ফানিংবা মী Warrant য়াওদনা ফাবা য়াই হায়রিবসি Article 21 বু সিংনবনি; Article 21 দা নত্তনা মসিনা Article 19 গী Clause কয়ামরুম সিংনবনি।

Article 21 গী মতুং ইন্না Law না সেমগৎ-সাগৎতুনা লিংখৎলবা থৌওং (Procedure established by law) নদি মী অমগী পুন্সি অমদি লনাই নিং-তম্বা ( Life and personal liberty) ফংহন্দবা য়াই হায়না Article 21 দা পল্লিবসিদা য়াওরিবা Procedure established

by law হায়রিবসিনা AFSPA না India গী Armed Forces তা পাঙ্গল পিরিবসি আইন্না য়াবা থৌওংনি হায়বা য়াব্রা? Article 21 দা য়াওরিবা 'Law' অসি Natural justice তা য়ুমফম ওইবা Natural law (Divine law হায়বসু য়াই) অদু নত্তে, মসি লৈপাক্লা (State না) সেম্বা Law অদুনি। মরম অদুনা AFSPA না পিরিবা Procedure অসি Law না পিবনি হায়বা য়াই। অদুবু মতাং অসিদা ময়েক সেংবা ৱাফম কয়া অমা লৈরি। হান্নদি হায়বদি A.K. Gopalan গী case কী মতমদদি Parliament নবু সেম্নবদি মদু Law নি, অদুগুম্বা Law অদুনা পিবা Procedure অদু Procedure established by law নি হায়বগী ৱাখল্লোন্দা লৈনরম্মী। অদুবু মসি India দা হুজিক্তি চৎনদ্রে। Maneka Gandhi Vs Union of India (1978) ISCC 248 অমসুং Francis Coralie Vs Union territory of Delhi (1981) SC 746 তা The Procedure prescribed by the state হায়বসিদা Procedure অদু "arbitrary, unfair or unreasonable" ওইবা য়াদে, "Procedure established by law" হায়বসি "fair, just and reasonable law" ওইগদবনি হায়না India গী Supreme Court না ৱাই পীখ্রবনি। Francis Coralie গী Case তা Supreme Court না হায়, "---Article 21 of the Constitution requires that no one shall be deprived of his life or personal liberty except by procedure established by law and that **procedure must be resaonable, fair and just and not arbitrary, whimsical or fanciful."**

Supreme Court কী ৱারেপ ময়াম অসিদা "Procedure established by law" হায়বসিগী মহুৎতা "Due process of law" হায়বসিনা মহুৎ সিনবগী মওংদা তপ্পা তপ্পা লাক্লে।

Procedure established by law হায়বসিদি Parliament না সেম্বদনি মনিং তৌবসু য়াই মরম চাদবসু য়াই। "Due process of law" হায়বসিদদি মরম চাবা তাই, চুম্বা তাই, Natural justice লৈবা তাই।

Indian Constitution সেম্বগী মীফমদা (Drafting Committee গী মীফমদা) মসিগী মতাংদা মরৈ য়েৎনখি। অহানবা Draft তা "Due process of law" হায়না ইরম্মী। কোম্না Procedure established by law" হায়বসিনা মহুৎ সিনখিবনি। Due Process law হায়রবদি ৱাহল্লোক পাফমনবদগী Court না মা মানা হন্নিংবা ৱাহল্লোক্তা ৱাহল্লোক পিরবদি চয়েৎনবা য়াম্না লাক্কনি হায়না Sri Alladi Krishnaswami Aiyer অমদি মীওই খরনা য়েৎখি। Pandit Thakur Das Bhargava অমদি K.M. Munshi নচিংবা মীওইসিংনা Procedure established by law হায়বসি হাপলবদি Parliament না মনিং তৌরগা সেম্লকপা আইন য়াম্না থোরক্কনি হায়না য়েৎখিবনি। Dr. Ambedkar নদি ৱাফম অসি নুং অনিগী মরক্তা হা (to sail between charybdis and Scilla) ওইরে অদুনা মাদি মাগী মত পিররোই হায়খি। মমৈদা Constituent Assembly না "Procedure established by law" হায়বসিদা মান্নদুনা মসি ওইনা হাপখিবনি। Constituent Assembly অদুনা Parliament না অরানবা ইতৌ তৌরোই হায়না খনখি।

অদুবু Parliament না মনিং তৌবা (arbitrary) ফজদবা (Fair ওইদবা) অমদি নাতৈ চাদবা (Irrational) ওইবা আইন কয়া সেমখিবগী খুদম কয়া ওজা সনাজাওবনা পিরি । Third Reich হায়বদি নাজি জর্মনিদা জিয়ু লাক্ষ ৬০ হাৎখিবদু Parliament না সেম্বা Law ননি । মতম অমগী South Africa দা লৈরম্বা Apartheid কী চৎনবী অদুসু "Procedure established by law" নি।

অদুবু ইন্দিয়াদা Maneka Gandhi গী ১৯৭৮ কী কেস অমসুং মথা তারকপা কেসসিংনা "Due process of law" গী ৱাহল্লোক্তা

লৌনরবনি। হৌজিক Parliament না সেম্বা Law নি হায়রগা মদুগী মথক্তা ব্রা ভাংবা য়াদবা মদুবু য়েৎপা য়াদবা হায়বসি India দা চৎনদ্রবনি। Indrajit Barua Vs State of Assam (AIR1983) তা Delhi High Court না AFSPA কী Section 4 না Constitution গী Article 21 বু সিংনবা অসি মসিং য়াম্বা মীয়ামগী হক কন্নবনি হায়না খনখি। Case অসিদা Delhi High Court না থব্রাই চাম্মা কনবা তারবদি থব্রাই অমা মাংহনবা য়াই হায়বা মরৈ অদু পিখি। অদুবু Fundamental Rights হায়বসিদি লৌথোকপা সুকয়া য়াদবা ফংহন্দবা সুকয়া য়াদবা Rights নি হায়বসিদি Court অসিনা খনখিদবা মাল্লি। মথংদা People's Union for Democratic Rights Vs Union of India গী Case তা Guwahati High Court না AFSPA অসি Court না ককথৎকে হায়রবদি Supreme Court খক্তনা ঙম্মী High Court অসিনদি ঙমদে হায়খি। Court অসিনদি AFSPA গী মাইযোক্তা লৈবগুম তৌখি।

Indian Constitution গী Article 14 না আইনগী মাংদা মী খুদিংমক চপ মান্নে হায়রি। Article 14 দা ইরি, "....the state shall not deny to any person equality before the law or the equal protection of the laws within the territories of India." অদুবু AFSPA নদি Disturbed area দা লৈবা মীচম (মরাল লৈজদবা) সিংবুদি Article 14 গী হক পিদবদা নত্তনা Criminal Procedure Code অমসুং Indian Penal Code তা পিরিবা হকসিং অদুবু পিদ্রে। Disturbed area দা লৈবা মী পুম্নমক মরাল লৈবগা চপ মান্নে। মীৎয়েং অসিদগী যেংলবদি Disturbed area লাওথোকপসিসু য়াম্না লাল্লি।

Indian Constitution গী Article 13 না Fundamental Rights মৎপা লো অমত্তা সেমলোইদবনি অমসুং Fundamental Rights মৎপা Law পুম্নমক চৎনবা য়াদে হায়রি। অদুবু Article 19 & 21 নচিংবা মরু ওইবা Fundamental Rights মৎপা লোশিং ঙসি অব্রাং-নোংপোক ভারতদি চহি ৫০ মুক চৎনদুনা লৈরি।

Act অসি Supreme Court তা কয়ারক হন্না দরখাষ্ট থাদুনা সিংনখ্রে। মনিপুরদগী Advocate N. Koteswor অমসুং Human Rights Commission গী মেম্বর ওইরম্বা Y. Laba নচিংবা মীওই কয়ানা সেম্বা The Manipur Human Rights Forum না Supreme Court তা ১৯৮০ গী October তাং ১০ দা AFSPA কী মাইয়োক্তা Case অমা থাংগৎখি। AFSPA অসি চৎনবা য়াদে, Indian Constitution , Indian legal norms অমদি International Human Rights Law গী মায়োক্তংনি, মসি ককথৎপিয়ু হায়না Supreme Court তা চে থাবসি The Manipur Human Rights Forum গী মতুংদা ১৯৮২ দা Naga People's Movement for Human Rights (NPMHR) না, ১৯৮৩ দনা People's Union for Democratic Rights না থাখি। Supreme Court অসিনা Case সিং অসি চহি ১৮ নমসিন্দুনা থম্বীরবা মতুংদা ১৯৯৭ কী নবেম্বর তাং ২৭ তা Act অসি চৎনবা কায়দে হায়না রাই পিখি। Supreme Court না AFSPA বু য়াই হায়দুনা পিবা রাই অদুনা ভারত লান্মীনা মসাগী লৈপাক্কী Citizen সিংবু হাৎপগী হক পিবদু লাল্লি হায়না পিবা মরৈসিং অদু করুবা ব্রারোল পিদে হায়না Dr. Sanajaoba না ফোংদোকই। মানা ইরি, "No civilized jurisprudence would justify this additional empowerment, given to the forces to kill citizens. The apex court by its 27 November, 1997 judgment failed to give reasons to rufute the criticism of the powers so exercised." অদুবু Act অসিদা অব্রাৎপা লৈবদগী Armed Forces সিংনা তৌগদবা তৌরোইদবা (Dos and Don'ts) খরদি য়াথং ওইনা তাওথখি। NPMHR Vs Union of India (1998) 2SSC 109. দা

Supreme Court না তাওখবা য়াথং "Dos and Don'ts" তা মখাগী অসি ইরম্মী, "(14) While exercising the powers conferred under section 4 (a) of the Central Act,the officer in the armed forces shall use minimal force required for effective action against the person/persons acting in contravention of the prohibitory order." Forces সিজিন্নবদা খ্বাইদগী হন্থবা Force (Minimal Force) সিজিন্নৌ হায়বসি Act মসাদা ইরিবদুদগী হেন্না ফগৎলবনি। চৎনবিদবগী ল্লাতনি। মথংদসু অসুম্না Dos and Don'ts সিং ইল্লু হায়রি, "(19) While exercising the powers conferred under clauses (a) to (d) of Section 4 the officers of the Armed forces shall strictly follow the instructions contained in the list of "Dos and Don'ts" issued by the Army authorities which are binding and any disregard to the said instructing would entail suitable action under the Army Act, 1950." অদুবু Court martial না কা হেনবা লিচৎ চৎপা কনাবুসু চৈরাক পিথিবগী পাও তাদে।

Indian Constitution দা Emergency লাওথোকপগী Provision Constitution গী Part 18 দা পিরি। Emergency মনুংদা Fundamental Rights কয়ামরুম মীয়ামদা পিদবা য়াই। অদুবু Article 20 অমসুং 21 দি পিদবা সুকয়া য়াদে হায়না ইরি। মসি ১৯৭৮ গী 44th Amendment Act না হাপচল্লকপনি। অদুবু Article 20 অমসুং Article 21 অসি Armed Forces Special Powers Act নদি মতম পুম্নমক্তা ককথৎলি।

## Section 4 অমসুং International Human Rights Standard:

ঙসি মালেমদা চৎনরিবা International Human Rights Law হায়রগা Universal Declaration of Human Rights (UDHR), 1948, Intenational Covenant on Civil and Political Rights, 1966, Intenational Covenant on Economic, Social and Cultural Rights, 1966, Regional Convention সিং, Charter সিং, UNO না হুজিক ফাওবদা ল্লারেপ লৌথিবা Human Right instruments, Convention, Declaration, Proclaimation সিং অসিবু খঙনরে। মসিগী মথক্তা International Humanitarian law হায়রগা Geneva Convention সিং অমসুং Protocol সিংবু খঙনরে।

হায়রিবা Human Rights Standard অসিগা AFSPA গা কদায় ফাওবা তায়োম্নবগে হায়বসি খঙলবদি Act অসিনা মালেমনা য়ানরবা মলেমগী Human Rights কদায় য়ৌনা খোংগাউনবগে হায়বসি খঙগনি।

Universal Declaration of Human Hights (UDHR) অমসুং International Covenant on Civil and Political Rights (ICCPR) অনিমক ইন্দিয়ানা সোই তৌখ্রবনি। ইন্দিয়ানা ICCPR বু ১৯৭৮ দা সোই তৌখ্রে অদুগা ১৯৭৯ গী এপ্রিল ১০ দা অয়াবসু (Ratification) পিখ্রবনি। মসি International treaty সোই তৌনবনি। মরম অদুনা Indian Institution গী Articles, 51,53, 246, অমসুং 253, অমদি Schedule 7 দা য়াওরিবা List 1 গী মতুং ইন্না India না, UDHR অমসুং ICCPR অনিমক্কী মতুং ইন্না চৎপা তাই।

অদুবু AFSPA না UDHR অমসুং ICCPR গী Article কয়ামরুম থুগাই। AFSPA গী Section 4 না UDHR কী Articles 1, 3, 5, 7, 9 অমদি 17 বু থুগাই। মথক্তা পিরিবা Article সিং অসিদা মখাগী অসুম্না ইরি:

Article 1:

All human beings are born free and equal in dignity and rights. They are endowed with reason and conscience and should act towards one another in a spirit of brotherhood.

Article 3:

Everyone has the right of life, liberty and security of person.

Article 5:

No one shall be subjected to torture or to cruel, inhuman or degrading treatment or punishment.

Article 7:

All are equal before the law and are entitled without any discrimination to equal protection of the law. All are entitled to equal protection against any discrimination in violation of this Declaration and against any incitement to such discrimination.

Article 9:

No one shall be subjected to arbitrary arrest, detention or exile.

Article 17:

1. Everyone has the right to own property alone as well as in association with other.

2. No one shall be arbitrarily deprived of this property.

AFSPA কী Section 4 না International Covenant on Civil and Political Rights, 1966, কী Articles 4, 6, 7, 9,14, 17, অমসুং 26 বু সিংনৈ। Section 4 অসি ICCPR গী Articleময়াম অসিগী মাইয়োক্তা লৈ। ICCPR গী Article সিং অসিদা মখাগী অসুম্না ইরি:

**Article 4:**

1. In time of public emergency which threatens the life of the nation and the existence of which is officially proclaimed, 'the State Parties to the present Covenant may take measures derogating from their obligations under the present Covenant to the extent strictly required by the exigencies of the situation, provided that such measures are not inconsistent with their other obligation under international law and do not involve discrimination solely on the ground of race, colour, sex, language, religion or social origin.
2. No derogation from articles 6, 7, 8 (Paragraphs 1 and 2), 11, 15, 16, and 18 may be made under this provision.
3. Any State party to the present Covenant availing itself of the right of derogation shall immediately inform the other States Parties to the present Covenant, through the intermediary of the Secretary-General of the United Nations, of the provisions from which it has derogated and of the reasons by which it was actuated. A further communication shall be made, through the same intermediary, on the date on which it terminates such derogation.

**Article 6:**

1. Every human being has the inherent right to life. This right shall be protected by law. No one shall be arbitrarily deprived of his life.

2. In Countries which have not abolished the death penalty, sentence of death may be imposed only for the most serious crimes in accordance with the law in force at the time of the commission of the crime and not contrary to the provisions of the present Covenant and to the Convention on the Prevention and Punishment of the Crime of Genocide. This penalty can only be carried out pursuant to a final judgment rendered by a competent court.

3. When deprivation of life constitutes the crime of Genocide, it is understood that nothing in this article shall authorize any State Party to the present Covenant to derogate in any way from any obligation assumed under the provisions of the Convention on the prevention and Punishment of the Crime of Genocide.

4. Anyone sentenced to death shall have the right to seek pardon or commutation of the sentence. Amnesty, pardon or commutation of the sentence of death may be granted in all cases.

5. Sentence of death shall not be imposed for crimes committed by persons below eighteen years of age and shall not be carried out on pregnant women.

6. Nothing in this article shall be invoked to delay or to prevent the abolition of capital punishment by any State Party to the present Covenant.

**Article 7:**

No one shall be subjected to torture or to cruel, inhuman or degrading treatment or punishment. In particular, no one shall be subjected without his free consent to medial or scientific experimentation.

**Article 9 :**

1. Everyone has the right to liberty and security of person. No one shall be subjected to arbitrary arrest or detention. No one shall be deprived of his liberty except on such grounds and in accordance with such procedure as are established by law.

2. Anyone who is arrested shall be informed, at the time of arrest, of the reasons for his arrest and shall be promptly informed of any charges against him.

3. Anyone arrested or detained on a criminal charge shall be brought promptly before a judge or other officer authorized by law to exercise judicial power and shall be entitled to trial within a reasonable time or to release. It shall not be the general rule that persons awaiting trial shall be detained in custody, but release may be subject to guarantees to appear for trial, at any other stage of the judicial proceedings, and, should occasion arise, for execution of the judgement.

4. Anyone who is deprived of his liberty by arrest or detention shall be entitled to make proceeding before a court, in order that the court may decide without delay on the lawfulness of his detention and order his release if the detention is not lawful.

5. Anyone who has been the victim of unlawful arrest or detention shall have an enforceable right to compensation.

**Article 14:**

1. All person shall be equal before the courts and tribunals. In the determination of any criminial charge against him, or of his right and obligations in a suit at law, everyone shall be entitled to a fair and public hearing by a competent, independent and impartial tribunal established by law. The press and the public may be excluded from all or part of a trial for reasons of morals, public order (order public) or national security in a democratic Society, or whom the interest of the private lives of the parties so requires, or the extent strictly necessary in the opinion of the court in special circumstances where publicity would prejudice the interests of justice; but any judgement rendered in a criminal case or in a suit at law shall be made public except where the interest of Juvenile persons otherwise requires or the proceedings concern matrimonial disputes or the guardianship of children.

2. Everyone charged with a criminal offence shall have the right to be presumed innocent until proved guilty according to law.

3. In the determination of any criminal charge against him everyone shall be entitled to the following minimum guarantecs, in full equality: (a) To be informed promptly and in detail in a language which he understands of the nature and cause of the charge against him;

(b) To have adequate time and facilities for the preparation of his defence and to communicate with counsel of his own choosing;

(c) To be tried without undue delay;

(d) To be tried in his presence, and to defend himself in person or through legal assistance of own choosing; to be informed, if he does not have legal assistance, of this right; and to have legal assistance assigned to him, in any case where the interests of justice so require, and without payment by him in any such case if he does not have not have sufficient means to pay for it;

(e) To examine, or have examine, the witnesses against him and to obtain the attendance and examination of witnesses on his behalf under the same conditions as witnesses against him;

(f) To have the free assistance of an interpreter if he cannot understand or speak the language used in court;

(g) Not to be compelled to testify against himself or to confess guilt.

4. In the case of juvenile persons, the procedure shall be such as will take account of their age and the desirability of promoting their rehabilitation.

5. Everyone convicted of a crime shall have the right to his conviction and sentence being reviewed by a higher tribunal according to law.

6. When a person has by a final decision been convicted of a criminal offence and when subsequently his conviction has been reversed or he has been pardoned on the ground that a new or newly discovered fact show conclusively that there has been a miscarriage of justice, the person who has suffered punishment as a result to such conviction shall be compensated according to law, unless it is proved that the nondisclosure of the unknown fact in time is wholly or partly attributable to him.

7. No one shall be liable to be tried or punished again for an offence for which he has already been finally convicted or acquitted in accordance with the law and penal procedure of each country.

**Article 17:**

1. No one shall be subjected to arbitrary or unlawful interference with his privacy, family, home or correspondence, not to unlawful attacks on his honour and reputation.

2. Everyone has the right to the protection of the law against such interference of attacks.

**Article 26 :**

All persons are equal before the law and are entitled without any discrimination to the equal protection of the law. In this respect, the law shall prohibit any discrimination and guarantee to all persons equal and effective protection against discrimination an any ground such as race, colour, sex, language, religion, political or other opinion, national or social origin, property, birth or other status.

UDHR গী Article 1 দা মী পুম্নমক্কী Rights মাম্নৈ হায়রি। অদুবু AFSPA কী মথাংদা Disturbed Area দা লৈবা মীদি মী অতৈগা চপ মান্নবা হক ফংদে। UDHR গী Article 3 অমসুং ICCPR গী Article 6 তা মী খুদিংমক্কী মী ওইনা হিংজনবগী, নিং তমজনবগী অমদি তেঙ্ভং কায়জদনবগী (Security) হক লৈ হায়রি। অদুবু AFSPA গী Section 4 গী Sub-section (a) দা India গী Armed Forces কী ভী অমা কাবা ওফিসার অমসুং মসিগী মথক্কী ওফিসারসিংনা হাৎনিংবা হাৎপা য়াই হাইরি। AFSPA গী Section4 (a) দা Disturbed Area লাওথোকপ্রবা মফমদা ফানিংবা মী ফাবা য়াই। মরম অদুনা AFSPA গী Section 1গী Sub section (a) অমসুং (c) না UDHR কী Article 3 অমসুং ICCPR গী Article 6 (1) বু সিংনরি । UDHR গী Article 5 অমসুং ICCPR গী Article 7 দা মী ওইদবা মওংদা অমদি হয়বা মওংদা মীবু লোইনবা নত্রগা চৈরাক পিরোইদবনি হায়রি। অদুবু AFSPA কী Section 4 দদি Force সিজিন্নবা য়াই হায়দুনা লাম্মীদা শাক্তম পিবদগী মীবু ওৎ-নৈবগী অয়াবা পি। ১৯৮৭ কী ওইনামগী ওপরেসন্দা মী ওৎ-নৈথিবগী রারি মালেমনা খঙনপ্রবনি। UDHR গী Article 7 অমসুং Article 14 ICCPR গী অমসুং 26 তা মী খুদিংমক Law গী মীৎয়েংদা চপ মান্নৈ হায়। অদুবু

AFSPA নদি Disturbed Area দা লৈবা মীবু হাৎনিংবা হাৎপা য়াবা ফানিংবা ফাবা য়াবা ফুনিংবা ফুবা য়াবা Rights অমত্তা লৈতবা মী ওইনা থম্মী। UDHR গী Article 9 অমসুং ICCPR গী Article 9 দা মীবু law গী Procedure অমগী মখাদা ফাবা নত্তনা ফাবা য়াদে হায়। Article সিং অসিসু Indian Constitution গী Article 21 গা মান্নৈ। মথক্তা হায়জখিবত্তম AFSPA গী Section 4 (c) গী মখাদা মথক্কী Article সিং অসিনা India গী Armed Forces সিংনা থুগাইবগী অয়াবা পিরি। UDHR গী Article 17 দা মী খুদিংমক্কী মরল মথুম মুনবা অমদি মাংহনবা য়াদে হায়রি। অদুবু AFSPA গী Section 4(b) দা চীংনরবদি য়ুম-কৈ থুগাইবা য়াই হায়রি। Section 4 (b) না UDHR গী Article 17 বু ইকোং কোংনা থুগাইবা য়াবগী হক Indian Armed Forces সিংদা পিরি। ICCPR 1966 কী Article 17 দা মীগী মযুম মকৈদা অমদি লন্নাই ওইনা মরোমদোম মথক্তা লৈজবদা অকায়বা পিবা য়াদে হায়রি। অদুবু AFSPA কী Section 4 (d) না India গী Armed Forces কী ভী অমা কাবা ওফিসার অমসুং মসিগী মথক্কী ওফিসার অমনা চীংনরবদি মীগী মযুমদা খগুদে, লাইসংদা খগুদে, ফমুং কাদা খগুদে হেক্তা চংবা য়াই হায়রি। মরম অদুনা AFSPA কী Section 4 না ICCPR গী Article 17 অসি থুগাইনবা হক Indian Armed Forces তা পিরি। ICCPR গী Article 4 দা Emergency মতমদসু ICCPR গী Articles 6,7,8 (pra1&2) 11,15, 16 অমসুং 18 দা পিরিবা হকসিং অসি মৎপা য়ারোই হায়রি। অদুবু AFSPA গী Section 4 গী Sub-section (a),(b), (c), (d) নদি ICCPR গী Article 6,7 অসি থুগাই।

ICCPR গী Article 40 গী মতুং ইন্না Covenant অসিবু সোই তৌরবা লৈপাকসিংদগী Covenant অসিগী মচাকসিং অসি গুাকপা গুাক্তবগী মতাংদা মতম মতমগী রিপোর্ট কৌবা গুম্মী। গুসি ফাওরদা India না রিপোর্ট মরি পিখ্রে। ১৯৯১ দা UNO গী Human Rights Committee না AFSPA কী Section 4 অসি ICCPR গী Right to life কী Provision সিং অদুগা তায়োন্নরে হায়খিবনি।

Geneva Conventions, (1949 convention মরি) অসি India না সোই তৌরবা Conventions গুাক্তনি। মসিবু International Humanitarian Law হায়নৈ। India না Geneva Convention Act, 1961 হায়বা অমসু সেমদুনা Geneva Conventions চৎননবা মসাগী Act সেমখ্রে।

Geneva Convention খুদিংমক্কী Article 3 দা য়াওবা মীচমগী পুন্সি, লন-থুম অমদি লানদা হকথেংন্না য়াওদবা অমদি অসোক অপন নংদুনা লান তৌবা গুমত্রবসিং (Life and Property of civilians and ***hors de combat***) গী পুন্সি গুাক সেনবা হায়বসি লৈপাকসিংগী মথৌনি। অদুবু India দি Convention সিং অসি সোই তৌজরবসু Common Article 3 অসি AFSPA গী Section 4 গী মতুং ইন্না গুাক্তে। অহোইনদুম মসিবু থুগাইনবা হক লান্মীসিংদা পি।

Geneva Convention গী মতুং ইন্না International Committee of the Red Cross (ICRC) না কাপ্প-সুনবগী ইরাং লৈবা মফমদা চংবা য়াবগী অয়াবা পি। অদুবু মসি India না থবক্তা য়াদে। হন্দক ২০০৩-২০০৪ গী লোন্নবা নিংথম থাদা ভুটান-ইন্দিয়া গুমখৈদা অন্নাং-নোংপোক্কী লালহৌবা কাংবু অহমগী মথক্তা লৈপাক অনিগী অপুনবা Army না Operation তৌবদা ICRC না চংগে হায়বদা য়াখিদে। মালেমগী Human Rights কন্নবা লিংবা লুপসিংগী মরক্তা খ্বায়দগী মরু ওইবা লুপ অমা ওইরিবা Amnesty International না ১৯৯৩ দা AFSPA অসি অমুক হন্না য়েংসিন্নু অমসুং হেক্তনবা গুমদনবা গুাক-সেন্নবা মচাক খরা হাপ্পু হায়না India Government তা হায়খি। India না মতাবিত্রবদা ১৯৯৭ দা অমুক Act অসি Review তৌনবা Amnesty International না পাউতাক পিখি। ইন্দিয়ানা গুসি

ফাওবা তাদ্রি। ১৯৯৭ গী পাউতাক অদুনা Armed Officers সিংনা Force সিজিন্নবদা অমদি নোংমৈ কাপ্পদা আইনগী তাখে অমা থম্মু (Legal Limited on use of force or fire-arms by law enforcement officials) হায়খি। India মনুংগী Human Rights Organization সিংনা AFSPA গী Section 3,4 অমসুং 5 পু শৌথোক্লবা National Human Rights Commission দা তৌবা য়াবা তৌ হায়না Memorandum অমা পিসিনখি। পুম্নমক অসি য়েংলুরগা Act অসিগী Section 4 অসি International Human Rights Law অমসুং International Humanitarian Law গী মাইয়োক্তা লৈবা, চংনবা য়াদবা, মীওইবদা মাংনিংঙাই ওইবা Law নি হায়বা খঙলে।

UNO গী General Assembly অমদি অতৈ Council সিংনা ব্রারেপ খরসু International Customary Law গী সরুক ওইনা ব্রারেপ তাখি। মখোয়গী মরক্তা মরু ওইবা খরা মথাদা থমজরি:

1. The UN code of Conduct of Law Enforcement Official (GA Resolution No 34/269 of 17 Dec, 1979)

2. The UN Body of Principles for Protection of All Persons Under any Form of Detention. (GA Resolution No. 43/173, 9 Dec. 1988)

3. The UN Principles on Effective Prevention and Investigation of Extra-legal and Summary Executions (Adopted by UN Economic and Social Council)

মথক্তা পিজরিবা International Customary Law সিং অসিগী মরু ওইবা Code, Principles অমদি Article কয়া AFSPA গী Section 4 না থুগাইরি।

UN Code of Conduct of Law Enforcement Officials কী Article 1 দা অসুম্না ইরি, " Law enforcement officials shall at all times fulfil the duty imposed upon them by law, by serving the community and by protecting persons against illegal act, consistent with the high degree of responsibility required by their profession.; Article অসি AFSPA গী Section 4 না পুমথু থুগাইবা য়াবগী হক Armed Forces গী পিকব্রবা ওফিসার অমদা পি। Article অসিনা Law enforcement officials সিংনা ব্রাম্না চাং ব্রাংনা মথৌ মসক খঙনা থবক তৌগদবনি হায়। অদুবু ঐখোয়গী অব্রাং নোংপোক লমদমদদি মথৌ মসক সুকখঙ খঙদনা থবক তৌই। Law enforcement officials সিং অসিনা Community বু মতেং পাংদুনা ঙাকসেনগদবনি হায়রি। অদুবু AFSPA গী মখাদা থবক তৌবা মতমদদি Commissioned officer (NCO) মচা অমনা চীংনবদা নোংমৈ কাপসিনবা য়াই হায়রি। মসি Community বু মতেং পাংবা অমদি ঙাকপী সেনবীবা নত্তে, Community বু হাৎনিংবা হাৎপনি, ফানিংবা ফাবনি। Armed Forces সিং অসি Community বু করম্না লোয়নগদগে হায়বদু তম্বীদবনিনা করি করি থৌদাং লৌগদগে হায়বা খঙফমসু থোক্তে। মখোয়গী সিনফমদি মীরৈপাক্লা লাম্দাবদগী লৈপাক অসিবু ঙাকপনি, Law enforce তৌবা নত্তে। Law enforcement কী মতাংদা Training লোইব্রবদি করি করি থৌদাং লৌগদগে খঙবা শুকয়া য়ারোই। মসিগী মথক্তা অব্রাং-নোংপোক্তদি লৈপাক্কী মাইয়োক্তা লৈবা মী (Anti-national elements) থেংনবনি মরম অদুনা লানগী খোংজেংদা (War Footing) চংসিনগদবনি হায়না Political Leader সিংনা হায়বনিনা Community বুসু Anti national elements সিংগী মরুপ ওইনা উবা তাবনি । ১৯৯১ দা UN Human Rights Committee গী ব্রাহং পাউখুম পিবদা ইন্দিয়াগী Attorney General না হায়খি,.....(There is) infiltration of aliens into territories (North-East India) mingling with the local public, and encouraging them

towards secessions." মসিদি ঙাকপিক্কম থোক্তবা চীন খিবা রাকমনি। অমদম অসিদা মীরৈপাক মচা চংলকপা লৈতে। লাম্মীনা মনিং তৌবা য়ানবা হায়জনবনি। অসুম্না অরাংবা থাক্কী লুচিংবসিংনা লাম্মীবু অয়ানবা তৌনবা পুক্লিং থৌগৎলবনিনা লাম্মী কনানসু Community বু মতেং পাংবা অমদি ঙাকপী সেনবীবগী রাখলদা নুংসিনা য়েংবিকম থোক্তে। মসিননি তাহৈদবা মওংদা লেপ্পা লৈতনা মীওইবগী হক থোজাওনরিবা, ইচল ইচে কয়াগী ঈজ্জৎ ডংতনা মাঙহল্লিবা অমদি নুংসি হৈতনা হাৎতোক্লিবা!

UN code of conduct of law enforcement officials কী Article 2 দা মখা তানা অসুম্না হৈরি, "In performance of their duty, law enforcement officials shall respect and protect human dignity and maintain and uphold the human rights of all persons."মসিসু AFSPA গী Section 4 না থুগাই। হাৎনিংবা হাৎপা য়াবা, ফানিংবা ফাবা য়াবা, ফুনিংবা ফুবা য়াবগী হক পিরগা করম্না মীগী ইজ্জৎ, হক অমদি ইকাই খুম্নবা ঙাক্কদৌরিবনো?

মথক্তা পঙ্গরিবা UN Code অসিগী Article 3 দা হৈ, "Law enforcement officials may use force only when strictly necessary and to the extent required for the performance of their duty." Article অসি AFSPA গী Section 4 (a) না মপুং ফানা থুগাইবা য়াই। Article অসিদা নমফু Force সিজিন্নবসি চপ চানা মথৌ তারবা (Strictly necessary) অমসুং মথৌ তৌবদা দরকার লৈরবা মতমদতা (to the extent required for the performance of their duty) তৌগদবনি হায়রি। অদুবু মথৌ তাবা তাদবা য়েংদনা নোংমৈনা ফাউবা কাপসিনবগী নমফু সিজিন্নবা য়াবগী হক Armed Forces তা Section 4 (a) না পিরি। Article অসি Section 4(c) নসু থুগাই। Section 4 (c) দা মী ফাবদা মথৌ তাবা চাং নত্তনা সিজিন্ননিংবা সিজিন্নবা য়াই হায়না পিরি।

Code অসিগী Article 3 কী Sub-Section (3) দা হৈরি, "...in general firearms should not be used except when a suspected offender offers armed resistance or otherwise jeopardizes the lives of others and less extreme measures are not sufficient to restrain or apprehend the suspected offender." AFSPA কী Section (4) না Artricle অসিগী মাইয়োক্তা থবক তৌবা য়াই। Section (4) দা চীংনরবদি মী সিগে সিয়ু সিরোই তোকউ নোংমৈ কাপসিনবা য়াই হায়বসি খুৎলাই পায়রগা অথিংবা পিরকপা (Armed resistance) মতমদতা নোংমৈ সিজিন্নৌ হায়বা Article 3 (a) গী রাকম অসিগা পুন্না তায়োমৈ । মখুৎ পুন্দুনা পুথ্রবা মীবু চেনগে তৌবদগী কাপ্পনি (মনোরমাগী মতাংদসু মসিনি, মনোরমাদা নত্তে, কয়ারক থোকত্রে) হায়বসি অফাবা মী অদুনা Armed resistance তৌরকপা সুকনৎ নত্তে। হাৎকে হায়বগী হেক্তা হাৎপনি । কোহিমাদা ১৯৯৫ কী র্মাচ তাং ৫ দা গারি তন্নার পোকথায়রগা এটেক তৌরকলে থনবদগী Rastriya Rifles না খুল্লক্তগা নোংমৈ কাপসিনবা মোটর ফাউবা কাপসিনবদু Article 3 (c) দা য়াওরিবা "Less extreme measures," সিজিন্নরগা তৌবা য়ারক্তবদগী কাপখিবা নত্তে।

UN Code অসিগী Article 5 তা মখাগী অসুম্না হৈরি, "No law enforcement official may inflict, instigate or tolerate any act of torture or other cruel, inhuman or degrading treatment or punishment, nor may any law enforcement official superior orders or exceptional circumstances such as state of war or a threat of war, a threat to national security, internal political instability or any other public emergency as a justification or torture

or other cruel, inhuman or degrading treatment or punishment," Article অসিনা হায়রিবসিদি Disturbed Area লাওথোক্লবসু মীওং-মীনৈ য়াদে হায়রি। চে অসিগী হেক হৌরকপদা পনজখিবা মনোরমা অমদি জমখোলেট খোংসাই হাৎপদা তৌবিরমলিবা মওং অদুমক Article অসিবু সিংনবনি।১৯৮৭ তা ওইনামদা তৌখিবা ১৯৯৫ তা নমটিরমদা তৌখিবা, ১৯৯৪ দা মে তাং ৯ দা উখ্রুলদা তৌখিবা মীওং-মীনৈ পুম্নমক Article অসিগী মাইয়োক্তা ওক্তনি।

Law enforcement officials সিংনা মীবু (জামখোলেট) হাৎতোক্লগা ফুমদুনা থম্লবদু Inhuman and degrading treatment নি।

The Principles on the Effective Prevention and Investigation of Extra legal, Arbitrary and Summary executions অসি UNO গী Economic and Social Council না ব্লারেপ লৌখ্রবা Principle ওক্তনি। মসিগী Principle ৩ দা মখাগী অসুম্না হায়, "Government shall prohibit orders from superior officers or public authorities authorizing or inciting other person to carry out any such extra-legal, arbitrary or summary executions. All person shall have the right and the duty to defy such orders. Training of law enforcement official shall emphasize the above provisions." AFSPA গী Section 4 না মথক্তা ইজরিবা Principle অসি পুম্নথু থুগাই। Section 4 (a) দা চীংবু চীংনরবদি কাপসিনবা য়াই হায়বসি "Extra-legal, arbitrary or summary execution" তৌ হায়না ইনসিনবনি। মথক্কী Principle অসিনদি মসি তৌনবা ইনসিনবা য়ারোই হায়রি; অদুবু AFSPA নদি মীনগা ইনসিনবা নত্তনা আইয়া ইনসিল্লি। মনোরামা, জামখোলেট, সনামচা, বিজয়কুমার ---Extra-legal, arbitrary or summary execution তৌখিবা ওক্তনি।

## Section 4 অমসুং CrPC/IPC :

মথক্তসু পল্লমে ১৯৫৮ দা AFSPA Bill পাস তৌনবা খন্নবদা মতমদুগী হোম মিনিষ্টর না AFSPA অসি Constitution অমসুং CrPC গী মতুং ইন্না সিজিন্নগদবনি হায়খি ["These military personal have the authority to act only within the limits that have been prescribed generally in the Cr.P.C. and in the Constitution."] অদুবু মিনিষ্টরনা হায়জরবসু AFSPA গী Section 4 (a) গী লোম্না অসিনদি মাগী ব্লাকম অসি ককথৎলি।

CrPC গী Section 129 (1) দা মী ৫ নত্রগা মদুদগী হেন্না পুনবা মী চন্থুন অমা ভানথায়নবা য়াথং অসি Executive Magistrate নত্রগা পুলিস ওসি নত্রগা ওসি লৈত্রগনা এস আইদগী তাদবা ওফিসার অমনা মী পুনবা অদু কায়খিনবা য়াথং তাওথবা য়াই হায়না ইরি। [CrPC Section 129 (1). Any Executive Magistrate or officer in-charge of a police station or, in the absence of such officer in-charge, any police officer, not below the rank of a sub-inspector, may command any unlawful assembly, or any assembly of five or more persons likely to cause a disturbance of the public peace, to disperse: and it shall thereupon be the duty of the members of such assembly to disperse accordingly.]

মসিগা AFSPA গী Section 4 (a) দা ইরিবদুগা (মথক্তা ইজখ্রে) চাংদম্নবিয়ু। Cr.P.C. গী Section 129 (1) দদা Executive Magistrate নত্রগা পুলিস ওসি, ওসি লৈত্রগনা এস আই না মীয়াম পুনবদু ভানথায়খিনবা / কায়খিনবা য়াথং পিগনি হায়। AFSPA গী Section 4 (a) দাদি ভী অমথক কাবা সিফাই মচা অমনা মানা পিনিংবা Warning পিরগা (অয়াব্দা পিদে) লোংমৈনা হেক্তা কাপসিনবা য়াই মদুদা সিরবসু কায়দে হায়।

অথম্নবা চেফোং অসি পুথোক্লবা হোৎনবদা তেংবাংবীরকখিবসিং ঃ-

**Mutum Babita,**
Adhyaksha,
Imphal East Zilla Parishad
☎ :2441403 (O) / 2421706 (R)

**M/S AIR TRAFFIC AGENT :- INDIAN AIRLINES LTD.**
Paona Bazar Imphal.
☎ :2230028

**Royal Academy of Science,**
Wangkhei Ningthem Pukhri Mapal. Imphal East
(Recognised by the Council of Higher Secondary Education Manipur)

M/S Y. Krishna Singh & Sons
Nipa Keithel Wahengbam Leikai, Imphal
**Deals in** : M/S Procter & Gamble
M/S Godrej Consumer Product, Ltd.
☎ : 2225789 / 2220910 (O) / 2411187 (R)

# SUBSCRIPTION FORM

Single Copy :Rs. 15.00

| | Students | General Public | Outside State (India) |
|---|---|---|---|
| 1 year | Rs. 130.00 | Rs. 150.00 | Rs. 160.00 |
| 2 years | Rs. 240.00 | Rs. 280.00 | Rs. 300.00 |
| 3 years | Rs. 350.00 | Rs. 400.00 | Rs. 450.00 |

**To**
The Manager,
**Lamjing Meira** (A Monthly Journal)
RNI TC No. **MANBIL 00272/14/1/2004**
Keishampat Junction Opp: CCpur Bus Parking, Imphal – 795001. **e-mail :** lamjing_meira@rediffmail.com

I am sending Rs.__________ by D.D./ cash/ I.P.O. No.__________________________
dated_____________ marked payable to Manager, Lamjing Meira, Imphal (Manipur)

Name (in capitals) ______________________

Address ______________________

Pin Code __________ P.O. __________

P.S. __________ District __________

- Only cash amount / D.D.s / I.P.O. are accepted.
- Claims for missing numbers of the magazines will be entertained only if recieved with 3 months of the date of issue of the magazine.

*Signature.*

CrPC গী Section 129 (2) দা মী পুনবদু থুগাইনবা Executive Magistrate, O.C নত্রগা SI অদুনা নমকুদা তানখায়বা য়াই, মদুগীদমক মী ফাবা য়াই হায়রি। [ Cr.P.C. Section 129 (2): If , upon being 30 commanded, any such assembly does not disperse, or if, without being so commanded, it conducts itself in such a manner as to show a determination not to disperse, any Executive Magistrate or police officer referred to in sub-section (1) may proceed to disperse such assembly by force, and may require the assistance of any male person, not being all officer or member of the armed forces and acting as such, for the purpose of dispersing such assembly, and, if necessary, arresting and confining the persons who form part of it, in order to disperse such assembly or that they may be punished according to law.] মসিনা AFSPA গা Section 4 (a) চাংদম্নবদা Section 4 (a) দদি হেক্তা নোংমৈনা কাপ্পা য়াই হায়, CrPC গী Section 129 (2) দদি ফাবদমক য়াই হায়।

CrPC গী Section 130 অমসুং 131 দা মী পুনবদু থুগাইনবা (তানথাইখিনবা) থৌওং পিরি। হায়া পুনবদু কায়রো হায়না য়াথং পিরগা কায়ত্রবদি Force সিজিন্নবা য়াই হায়। অদুবু মদু খ্বায়দগী হন্থবা চাংগী Force সিজিন্নবা ওইগদবনি হায়রি।

[Cr.P.C. Section 130 (1) If any such assembly cannot be otherwise dispersed, and if it is necessary for the public security that should be dispersed, the Executive Magistrate of the highest rank who is present may cause it to be dispersed by armed forces.

(2) Such Magistrate may require any officer in command of any group of persons belonging to the armed forces to disperse the assembly with the help of the armed forces under his command, and to arrest and confine such persons forming part of it as the Magistrate may direct, or as it may be necessary to arrest and confine in order to disperse the assembly or to have them punished according to law.

(3) Every such officer of the armed forces shall obey such requisition in such manner as he thinks fit, but in so doing he shall use as little force, and do as little injury to person and property, as may be consistent with dispersing the assembly and arresting and detaining such persons.]

CrPC গী Section 130 দা পিরিবা অসিগা AFSPA কী Section 4(a) দা পিরিবা অসিগা য়াম্না তায়োমৈ। AFSPA গী Section 4 (a) দদি খ্বাইদগী হেনবা চাংগী Force সিজিন্নবা য়াই হায়বদি কাপ্পা য়াই হায়।

CrPC গী Section 131 দা Exective Magistrate অমগা পাউ ফাওনবা ঙমদবা ফিভমদদি Armed Forces কী Commissioned officer নত্রগা Gazetted officer অমনা মাগী মখাদা লৈবা লান্মীশিং সিজিন্নরগা মী পুনবদু চখাইনবা Force সিজিন্নবা য়াই হায়রি। মদুদা মী হাৎপা য়াবগী ব্রাদি পন্দে, ফাবা ওন্নগী ব্রারি পল্লি। অদুবু পাউ ফাউনবা হেক য়ারকপদা Executive Magistrate তা পাউ পিগদবনি অমসুং মানা থবক অদুগী মতাংদা হায়বদি থবক অদু লেপ্পা লেপতবগী মতাংদা পিরকপা য়াথং পুন্নমক ইনগদবনি হায়। AFSPA গী Section 4 (a) দদি Executive Magistrate কী মথৌসু তাদে। Commissioned officer or Gazetted

officer (2nd Lieutenent কী থবক ) সু মথৌ তদে ইচম চম্বা ডী অমথক কাবা NCO অমনা নোংমৈ কাপসিল্লগা হেক্তা তানখাইবা য়াই, সিরবসু কায়দে।

[Cr.P.C. Section 131.When the public security is manifestly endangered by any such assembly and no Executive Magistrate can be communication with, any commissioned or gazetted officer of the armed forces may disperse such assembly with the help of the armed forces under his command, and may arrest and confine any persons forming part of it, in order to disperse such assembly or that they may be punished according to law; but if, while he is acting under this section, it becomes practicable for him to communicate with an Executive Magistrate, he shall do so, and shall thenceforward obey the instructions of the Magistrate, as to whether he shall or shall not continue such action]

Cr.PC গী Chapter V তা পুলিসনা মী করম্না ফাগদগে হায়বদু মচা থায়না ইরি। CrPC গী Section 46 তা জেসা উপাই তৌদুনা মীদু ফাগদবনি হায়। অদুবু Section 46 (3) দদি ফাগদৌরিবা মী অদু সিবগী নত্রগা পুন্সিগী মীয়াৎ তাবগী চৈরাক ফংবা য়াবা মীওই নত্রবদি ফানবা হোৎনবদা মী অদু সিবা য়ারোই হায়।

[CrPC Section 46 (1) In making an arrest the police officer or other person making the same shall actually touch or confine the body of the person to be arrested unless there has a submission to the custody by word or action.

(2) If such person forcibly resists the endeavour to arrest him, or attempts to evade the arrest, such police officer or other person may use all means necessary to effect the arrest.

(3) Nothing in this section gives a right to cause the death of a person who is not accused of an offence punishable with death or with imprisonment for life.]

অদুবু AFSPA গী Section 4 (a) দদি ইচম চম্বা মরাল মচা অমা লৈবা হায়বদি মী ৫ পুনবগী ফাউবা নোংমৈনা কাপসিনবা য়াবগী হক Armed Forces কী ডী অমা কাবা NCO অমদা পিরি।

Indian Penal Code (IPC) দা Section 302 অমদি 303 দা নত্তনা অতৈদা সিবগী চৈরাক ফংবা য়াবগী মচাক পিদে। মী ৫ নত্রগা মদুদগী হেল্লা আইন্না য়াদবা মওংদা পুনবগী চৈরাক অসি IPC গী Section 143 গী মতুং ইন্না থা তরুক থক জেলদা থম্বনি। নোংমৈ পায়রগা পুলম্বগীসু ফংবা য়াবা চৈরাক অসি চহি ২ থক্তনি। অদুবু AFSPA গী Section 4 (c) গী মতুং ইন্না Disturbed Area দদি মী ৫ অমদি মসিদগী হেল্লা পুনবা য়াদবা মতমদা পুলম্নবদি নোংমৈনা কাপতুনা হাৎপা য়াই; মদুসু ডী অমথক কাবা লান্মী মচা অমনা মরাল অদু তৌরে হায়না চীংনরবদি হায়।

AFSPA অসি CrPC, IPC অমসুং Constitution গী Provision কয়াবু থুগাইরবা Act নি।

**Section 5:**

The Armed Forces Special Power Act, 1958 কী Section 5 কী মতুং ইন্না Armed Forces না ফারবা মীওই অদু ফাবগী ফিভম অদু ইবা রিপোর্ট অমগা লোয়ন্না খ্বাইদগী নক্লবা পুলিস ষ্টেসন অমদা ওইথোকপদা খ্বায়দগী মতম হছনা পঙ্গরগা সিন্নগদবনি হায়। [Section 5. Any person arrested and taken into custody under this Act shall be made over to the officer in charge of the nearest police station with the least possible delay, together with a report of the circumstances occasioning the arrest].

## *Section 5* অমসুং *Indian Constitution* :

মী অমা ফারবা মতুংদা কোর্টা সিন্নবগী অমদি Custody দা থম্মগী রাকম অসি Indian Constitution গী Article 22 দা মচা খায়না নৈনরি। [Article 22 (1) No person who is arrested shall be detained in custody without being informed, as soon as may be, of the grounds for such arrest nor shall he be denied the right to consult, and to be defended by, a legal practitioner of his choice.

(2) Every person who is arrested and detained in custody shall be produced before the nearest magistrate within a period of twenty-four hours of such arrest excluding the time necessary for the journey from the place of arrest to the court of the magistrate and no such person shall be detained in custody beyond the said period without the authority of a magistrate.]

Constitution গী Article 22 (1) দা মী অমা হেক ফাবগা য়ারিমখৈ থুনা মসাদা মাবু ফাবগী মরম অদু খঙহনগদবনি অমসুং মানা মাগী উকিলগা রা তান্নজগে হায়বগী হক অসি পিদবা য়াদে হায়রি।

Article 22 (2) দনা মী অমা হেক ফাবগা মী অদুবু খ্বায়দগী নক্কবা Magistrate অমগী মমাংদা মাবু ফাবা মফমদগী Magistrate অদু লৈরিবা মফম অদু ফাউবা পুরকপদা চংবা মতম অদু য়াওদনা পুং ২৪ গী মনুংদা পুথোক্কদবনি হায়না ইরি।

অদুবু হায়রিবা Constitution গী Article 22 (1) অমসুং Article 22(2) অসি AFSPA গী Section 5 না পুমথু থুগাইরে। Article 22 (2) গী মতুং ইন্না ফারবা মী অমবু Magistrate অমগী মমাংদা পুথোকপসি "Within a period of twenty-four hours" হায়রবদি পুং ২৪ গী মনুংদা তৌগদবনি হায়রি। অদুগা AFSPA গী Section 5 তদি Magistrate তসু নত্তবা নক্কবা Police Station অমদা পুথোকপসি "Within the least possible delay" পুথোক্কদবনি হায়রি। "Least possible delay" হায়বসিনা অকাবা মীবু নুমিৎ কয়ানি, থা কয়ানি Armed Forces কী Custody দা থম্বা য়াহল্লি; অকক্নবা মতম পিদে। মরম অদুনা Act অসিনা Indian Constitution গী মাইয়োক্তা থবক তৌনবা হক Army দা পিরী। অসুম্না India গী Armed Forces না মী ফাগ্লগা পুলিসতা চহি কয়া সিন্নদবগী কেস কয়া Court তা থেংনখ্রে।

পনবা য়াবদি মথাগী অসিনি;

1. Nungsitombi Devi Vs Rishang keishing (1982) 1 GLR 756.

কেস অসি ১৯৮১ গী জনুৱারি তাং ১০ দা ফাখিবা মী অমবু ১৯৮১ গী ফেব্রুৱারি তাং ২২ ফাউবা পুলিসতা সিন্নদবগী রাকমদা সোক্লখি।

2. Luithukla Vs Rishang Keising (1988) 2 GLR 159

কেস অসিসু লাম্লীনা মী ফাগ্লগা চহি ৫ পুলিসতা সিন্নদবগী কেসনি।

মসিগী মথক্তা Army না ফাগ্লগা হুজিক ফাওবা পুলিসতা সিনরক্লিবা মীওই খরদি মথাগী অসিনি:

১। বাসিখোঙ গী লোকেন ১৯৮০ গী সেপ্টেম্বর ২৩ দা ফাখিবা,

২। বাসিখোঙ গী লোকেন্দ্র ১৯৮০ গী সেপ্টেম্বর ২৩ দা ফাখিবা,

৩। C. Paul ১৯৮২ গী র্মাচ ১০ দা ফাখিবা,

৪। C. Daniel ১৯৮২ গী র্মাচ ১০ দা ফাখিবা,

৫। L. Bijoykumar ১৯৯০ গী জুন ৫ দা ফাখিবা,

৬। Y. Sanamacha ১৯৯৫ দা ফাখিবা

৭। Malisumi Tangkhul ১৯৯৮ গী ফেব্রুৱারি ১২ দা ফাখিবা

৮। ক্ষা-কৈথেলগী বোয়াই ..১৯৯৮ তা ফাখিবা,

৯। Md. Tayeb Ali---১৯৯৫ কী জুলাই ৫ দা ফাখিবা,

পুলিসতা সিন্নবগী মতমদা "Least Possible delay" হায়বসিনা থোকহল্লিবা কেস ঙাক্কনি।

"Least possible delay" হায়বসি লো ইবগী লোন্দাদা চৎনদে। Indian Constitution সেম্বা মতমদা Article 22 (2) গী মতাং খন্নবদা "Least possible delay" হায়গদ্রা নত্রগা "Within a period of twenty-four hours হায়গদ্রা হায়বসিগী মতাংদা মচা খায়না নৈনখি। অকক্লবা মতম পিদবসিনা Magistrate তা পুথোকপগী মতম অসি ঙনখৎহনগদবা নত্তে, থেংথহন্নবনি হায়না Majority না মত পিখি। Dr. Amebedkar নদি "Least possible delay" না হেন্না কৈ মসিনা মীফা অমবু হেন্না থুনা Court য়ৌহনগনি হায়খি। মাগী মত অদু পুং ২৪ ফাওবা কুইমল্লি, থরা হল্লবা পান্নগী রান্নি। মাগী মত অদু House না য়াখিদে। মমৈদা "Within a period of twenty four hours " হায়বা ৱাহৈসি ওইনা হাপখি। অসুম্না তরেৎ তরা থোক্লা খন্নব্রবা ৱাফম অসিবু অমুক হন্না AFSPA গী Section 5 দা "Within the least possible delay" হায়বা ৱাহৈ হাপচল্লকপা অমসুং অকক্লবা মতম পিরমদবা অসিনা তাকপদি AFSPA অসি Constitution সেম্বা মতমদগী চাউখৎলকপা, হেন্না ফগৎলকপা Act নত্তে হায়বসিনি। AFSPA দা "Least possible delay" হায়বা ৱাহৈ হাপলকপসি Armed Forces না ফারবা মী কুইনা মখোয়গী Custody দা থম্বা য়ানবনি। Section 5 অসি Constitution বু সিংনবা আইননি। কোটনা Section 5 অসি ককথৎফম থোকই।

অদুবু কোটসিংগীসু অঙকপা ৱাই কয়া থেংনদবা নত্তে। Bacha Bora Vs State of Assam (1991) 2.GLR 119 গী কেস অসিদা Indian Army না ফারবা মী অমবু চয়োল অনি মখুৎতা থমম্বা অদুগী মরম পিখিদে। সিন্নবা য়াবা পুলিস ষ্টেসনসু কিলোমিটর ৪/৫ খক্তং লাপলগা লৈরম্মনি। অদুবু Court না "Least possible delay" হায়বসিনা নুমিৎ ১৪/১৫ নি পুলিসতা সিন্নদনা থম্মদু য়াই হায়বগী মওংদা ৱাফম অসিদা কুপ্না নৈনখিদে।

পুন্নমক অসি য়েংলুন্নগা Constitution গী Article 22(1) দা য়াওরিবা মীফা অমবু থুনা মাবু ফাবগী মরম খঙহনবা অমসুং উকিল তানবগী হক পিবা হায়বদুদি Armed Forces নদি মতম পুন্নমক্তা থুগাইরে হায়বা তাই। পুলিসতা ফাউবা নুমিৎ কয়ানি থা কয়ানি চহি কয়ানি সিন্নদ্রগা করম্না ফাবগী মরম খঙহনগদৌরিবনো? লোইন্না কনানা উকিল পুরকপিগদৌরিবনো?

মরম অদুনা AFSPA গী Section 5 না Constitution গী Article 22(1) থুগাইবসিদি মসানা অরে।

## Section 5 অমসুং International Human Rights Standard :

International Covenant on Civil and Political Rights কী Article 9(2) দা মী অমবু হেক ফারগা মাবু ফাবগী মরম খঙহনগদবনি হায়না ইরি । [Article 9 (2). Anyone who is arrested shall be informed, at the time of arrest, of the reasons for his arrest and shall be promptly informed of any charges against him.]

অদুবু মথক্তসু পঙক্রে মসি Indian Constitution গী Article 22 (1) গা মান্নে। অদুবু AFSPA গী Section 5 তা ফারিবা মী অদুদা ফাবগী মরম খঙহনবগী ৱাফম য়াওদে।

ICCPR গী Article 9 (3) দা মীফা অমবু থুনা Judge অমগী মমাংদা পুথোকউ হায়রি। [Article 9 (3). Anyone arrested or detained on a criminal charge shall be brought promptly before a judge or other authorized by law to exercise judicial power and shall be entitled to trial within a reasonable time or to release. It shall be detained in custody but release may be subject to guarantees to appear for trial, at any other stage of the judical proceedings, and, should arise, for execution of the judgement.] অদুবু AFSPA গী Section 5 নদি Judge দা পুথোকপগী মতৌ ঙাক্লদগী নকপা

পুলিস ষ্টেসন অমদা সিন্নৌ হায়বদমক হায়রি।

মথক্তা পঙ্খবা UN General Assembly গী Resolution No 43/173 Dec. 9, 1988 দা ন্নারেপ লৌখ্রবা The Body of Principles on Detention or Imprisonment কী Principle 10 দা মখাগী অসুম্না ইরি:

"Anyone who is arrested shall be informed at the time of his arrest of the reason for his arrest and shall be promptly informed of the charges against him." মসিগা তায়োম্মনা AFSPA গী Section 5 তদি ফারবা মতুংদা পুলিস ষ্টেসন অমদা সিন্নৌ হায়বদমক হায়রম্মী। ফাবগী মরম খঙহনবসি পুলিসনা তৌগদবনি হায়বগী মওংনি। অদুবু পুলিসতা সিন্নগদবা মতম অসি অকক্নবা পিরমদবনা মীফা অদুদা হেক ফারগা মরম পিযু হায়বা আইন অদু কায়রে। মরম অদুনা AFSPA অসি International Human Rights Law মাইয়োক্তা লৈ হায়বদা অকায়বা লৈতে।

ফারগা পুং ২৪ মনুংদা Court তা পুথোক্কদবনি হায়না Constitution গী Article 22 (2) গী কাংলোন অসি Armed Forces না হেক ফাবা মতম অদুদগী লৌরবদি Act অসিনা Constitution ঙাকলে হায়বা য়াই। মথংদা Armed Forces না হেক ফাবগা মীফা মসাদা পাউ পিবা অমসুং উকিল তান্নবা য়াবগী হক অসি পিরবদি Act অসি Constitution অমসুং International Human Rights Law ঙাকলে হায়না লৌবসু য়াই।

Armed Forces না ফারবা মতুং পুং ২৪ গী মনুংদা Court য়ৌগদবনি হায়বসি Army authorities না ইসু তৌবা "Dos and Don 'ts" তা য়াওরি:

(15) A person arrested and taken into custody in exercise of the powers under section 4 (c) of the central act should be handed over to the officer-in -charge of the nearest police station with least possible delay so that he can be produced before the nearest magistrate within 24 hours of such arrest excluding the time taken from journey from the place of arrest to the court of the magistrate."

মসিদা ফাবা মতমদগী পুং ২৪ গী মনুংদা Court তা পুথোক্কদবনি হায়রবনিনা AFSPA তা য়াওরিবা "Least possible delay" হায়বসি পুং২৪ গী মনুং ওইনা লৌকম থোক্কে।

## AFSPA অমসুং মীফাসিংবু Interrogation তৌবা :

AFSPA গী মখাদা মীফা অমবু ন্নাহংপাউহংনবগীদমক নত্রগা নোংমৈনচিংবা পোৎ-চৈ ফাগৎনবগীদমক নত্রগা করিগুম্বা Case অমা থিগৎনবগীদমক মীফা অমবু Armed Forces কী মখুৎতা কুইনা থম্বা য়াদে। মতাং অসিদা মনিপুরগী মকোক থোংবা উকিল A. Nilamani না মখাগী অসুম্না ইরি; "Detention (by officers or other ranks of the armed forces) of the arrested persons for the purpose of interrogation recovery discovery or investigation is held by the Guwahati High Court to be quite illegal, and with and legislative authority."

Nughsitombi Devi Vs Rishang Keishing [In Civil Rule (HC) No 923 of 1981] দা Guwahati High Court না মখাগী অসুম্না হায়, "Let it be said clearly that the section (Section 5) does not permit the arresting armed forces to keep the arrested person in custody for the purpose of interrogation, or to bc fully satisfied whether the concerned person was really involved in the matter which had led to his arrest. This satisfaction has to the arrest. and not to follow it."

Army না AFSPA গী মখাদা মীফা অমত্তা ন্না হংবা য়াদে হায়বসি Guwahati High Court কী রাই অসিদা য়াম্না ময়েক সেংই। মসি মী পুম্নমক্না

ইনফম থোকই। অদুবু Army নদি ইন্দে। Army না ফু চৈদুনা, ইসিং হৈদুনা, Electric shock তৌদুনা য়া হংই হায়রবসি মনিপুরদদি অপং-অসিং লোইনা খঙই। মতম খরগী মমাংদা শুমভির ফাউবা সিজিন্নদুনা য়া হংই হায়নখি।

The Armed Forces Special Power Act, 1958 কী Section 6 তা Central Government কী মাংজৌন্না অয়াবা লৌদনা Act মখাদা ওফিসিয়েল ওইবা মথৌ তৌরুবগীদমক কনাগুম্বা অমগী মথক্তা আইনগী ওইবা কেস তৌবা নত্রগা অতে আইনগী ওইবা থবক চৎথবা য়ারোই হায়রি। [Section 6. No prosecution, suit or other legal proceeding shall be instituted, except with the previous sanction of the Central Government against any person in respect of anything done or to be done in exercise of power conferred by this Act.]

অচম্বা মীচমগী লোন্দাদা হায়রবদি Central Government কী অয়াবা য়াওদনা Armed Forces কী মীওই অমগী মথক্তা অরাবা নংলবা ( হাৎপিস্ত্রবসিংগী মরিমতা, ফুবিস্ত্রবা , ফাবিস্ত্রবা, রেপ তৌবিস্ত্রবা, মরল মাংহনবিস্ত্রবা ) মীচম অমত্তনা কেস তৌবা য়াদে হায়বনি।

মসিমক জিরিদা নান্দেবম সঞ্জিতা কৌবী নুপীমচা মহৈরোই চহি ১৫ দা সুরিবী অমা Grenedier Rifles কী জৱান অনিনা ২০০৩ গী ওক্তোবর তাং ৮ দা রেপ তৌখিবদগী মথক্তা সিজখিবগী ৱাথোক অসি C. Upendra Commission কৌবা মী অমগী কমিসন্না থিজিনখ্রে। থিজিন্নবা মতুংদা রেপ তৌখি হায়বগী খুদমসু ফংখ্রে। অদুবু মনিপুর সরকারনা Armed Forces কী মথক্তা করিসু তৌবা ঙমদ্রে। ঙসি মনোরমাগী মীসিগী মতাংদা C.Upendra Commission গী থবক অসি সু তম্বা ঙমদ্রি।

১৯৯৫ গী মার্চ তাং ৫ দা কোহিমাদা, ১৯৯৫ গী জনুৱারি তাং ২৩ দা অখুলাটো খুন্দা অমদি ১৯৯৪ গী দিসেম্বর তাং ২৭ তনা মকোকচুং টাউন্দা লাম্নীনা মরম চান্দবা (কোহিমাদদি গাড়ি টয়ার পোকখাইরকপদগী কাপখিবনি) নোংমৈ পংকাপ কাপ্পদা মী কয়ামরুম হাৎখি, মুম কয়ামরুম থুগাইখি। থৌদোকসিং অসি থিজিন্নবা নাগাল্যান্দ সরকারনা Guwahati High Court কী রিতাইয়ার তৌরবা জজ Justice D.M. Sen না চেয়রমেন ওইদুনা Commission অমা সেমখি। Commission অদুনা Kohima গী থৌদোক্তা 16 th Rastriya Rifles না মী ৫ সিবদুগী মাইয়োং য়াগদবনি (দাইহি লৌগদবনি), অখুলাটোগীনা 15 th Assam Rifles না মী ১ সিবা অমসুং অমনা সোইনাহিখিবা অদুগী মাইয়োং য়াফম থোকই (দাইনি) অমদি মকোকচুংদনা 16 th Maratha Light Infantry না মী ৭ সিখিবা, লুপা লাক কয়াগী লন মাংখিবা অমসুং রেপ কয়া তৌখিবা অদুগী মাইয়োং য়াগদবনি (দাইত্নি) হায়খি। অদুবু থিগৎপা অদু AFSPA গী Section 6 কী মখাদা থিংখি।

Section 6 না তৌনিংবা তৌ, কেস তৌবা য়াদে, তৌরবগী মাইয়োং য়াগদবা (দাইত্ন লৌগদবা) চৈরাক যংগদবা সুংলে লৈতেহায়বদগী Section অসিনা লাম্নীনা হাৎনিংবা হাৎপা তৌনিংবা তৌবদা পুক্লিং থৌগৎলি।

## Section 6 অমসুং Indian Constitution and Law :

AFSPA কী Section 6 অসি Indian Constitution গী Article 32 বু চৎনহন্দে। Constitution গী Article 32 (1) দা Constitution দা পিরিবা Fundamental Rights সিং অদু ফংহনবিয়ু হায়না Supreme Court তা চংজবা য়াই। [Article 32 (1) The right to move the Supreme Court by appropriate proceedings for the enforcement of the rights conferred by this part is guaranteed.

(2) The Supreme Court shall have power to issue directions or orders or writs, including writs in the nature of *habeas corpus, mandamus, prohibition, quo warranto and certiorari* whichever may be appropriate, for the enforcement of any of the rights conferred by this part] অদুবু AFSPA কী Section 6 কী মতুং ইন্না Supreme Court কী মতেং লৌবসি Central

Government কী অয়াবা য়াওড্রবদি য়াদে হায়রি। Central Government না থাদোকপা লাম্নীনা অরানবা তৌরম্রগা মসানা মসাগী লাম্নীগী মথক্তা রায়েন চৎথনবা অয়াবা পিবা হায়বসি সুংতৌ তৌরোই। Indian Armed Forces হায়বসি Central Government নি, Central Government হায়বসি Indian Armed Forces নি। মরম অদুনা Section 6 কী মতুং ইন্না AFSPA কী মথাদা Armed Forces কী মীওইসিংনা অরানবা তৌরবসু Case তৌবা য়াদে হায়বগা চপ মান্নরে। মরম অদুনা AFSPA কী Section 6 না Constitution গী Article 32 বু মন্না লৌদ্রে হায়বদা অকায়বা লৈত্রে। ১৯৫৮ দা Act অসি খন্নবদা লোক সভাদা MP Malanty না হায়খি, AFSPA কী Section 6 না "Immediately takes away, abrogates, pinches frustrates the right to constitutional remedy which has been given in article 32 (1) of constitution ." মসি ককনিংডাই লৈতনা চুম্মী।

Indian Constitution দা Article 32 য়াওড্রবদি Constitution অসি কান্নদবা চেথি চেঙম তারে। Constitution অসি সেম্বগী Constituent Assembly দা Dr. Ambedkar না হায়খি, "If I was asked to name any particular article of the constitution as the most important an article without which this constitution would be a nullity. I would not refer to any other article except this one (article 32). It is the very soul of the constitution and the very heart of it and I am glad that the house has realized its importance." মানা মখা তাখি, "This, in my judgement is one of the greatest safeguards that can be provided for safely and security of the individuals," Prem Chand Garg Vs Excise Commissioner, U.P. গী Case তা Justice Gajendragadkar না হায়খি, "The Fundamental rights to move this court can therefore be appropriately described as the cornerstone of the democratic raised by the constitution."

মথক্তা পিরম্মলিবা অচুম্বসিং অসি ১৯৫৮ গী Act অসি সেমখিবা Parliament অদুনা খঙখিদ্রে। AFSPA কী Section 6 না Constitution গী Article 32 ককথৎখ্রে। AFSPA কী মথাদা লাউথোকখ্রবা লমদা Article 32 চৎনদ্রে। Justice Gajendragadkar গী ৱাহৈ অসি য়েংলুরবদি Disturbed Area দা Democratic edifice লৈত্রে হায়বনি।

Indrajit Barua গী Case তা Section 6 অসি নৈনখি। মদুদা Armed Forces কী মথক্তা Case তৌবদা Central Government কী অয়াম্বা মথৌ তাবসি করিসু নত্তবদা কেস তৌরকপদগী (Frivolous claims) থিংনবা তৌবনি হায়খি।

Armed Forces কী মীওইসিংবু ফাবা পুনবা অমদি মখোয়গী মথক্তা Case তৌবা য়াদবসি AFSPA কী Section 6 তদা নত্তনা CrPC, The Army Act, 1950 নচিংবা কয়াদা পল্লি।

CrPC গী Section 45 (1) দা Armed Forces কী মীঅমত্তা মাগী ওফিসিয়েল মথৌ তৌবদা করিগুম্বা অমা তৌরক্লগী মরিদা Central Government কী অয়াবা য়াওদনা ফবা য়াদে হায়।[CrPC Section 45 (1) Notwithstanding anything contained in Sections 41 to 44 (both inclusive), no member of the Armed Forces of the Union shall be arrested for anything done or to be done by him in the discharge of his official duties except after obtaining the consent of the Central Government.]

CrPC গী Section 45 (1) দদি Armed Forces কী মীওইসিংনা ওফিসিয়েল মথৌ তৌবদা করিগুম্বা থরা তৌরম্বগী কেস তৌরক্লবসু Central Government কী অয়াবা য়াওদনা Court অমত্তনা Case লৌরোইদবনি হায়।[CrPC Section 197(2) No Court shall take cognizance of any offence alleged to have been committed by any member of the Armed Forces of the Union while acting or to act in the discharge of his official duty, except with the previous sanction of the Central Government.]

The Army Act,1950 অসি বৃটিশকী Act-The Indian Army Act, 1911 দগী সেমদোক সাদোকপনি। Army Act, 1950 গী মতুং ইন্না লাশ্মীবু ব্রায়েম্নবগীদমক Court-martial গী কাংলোন অমা লৈ। মদুদা High Court সিংনা খুৎ চংবা য়াদে। Court-martial সিংনা Constitution গী Article 21 ঙ্কপগী মথৌসু তাদে। Army Act, 1930 না লাশ্মীসিংবু মথৌ তৌবদা করিগুম্বা খরা লাম্না তৌরুবদগী Case তৌরক্রবসু মদুদগী কনবগী খুদোংচবা পি। Court-martial না ব্রায়েন্দনা Civil Court না লাশ্মী অদু ব্রায়েনবসি Civilian অমা হাৎলুবা নত্রগা রেপ তৌরুবগী Case খক্তদনি, Case অতৈদি Civil Court তা ব্রায়েন্দনা Court-martial দা ব্রায়েনগদবনি। মরম অদুনা AFSPA গী মখাদা মথৌ তৌবদা হেঞ্জম্না তৌরুবগী লাশ্মী অমবু ব্রায়েনবা তারবসু মদু Court-martial না তৌগদবনি। মসিদি তৌব্রা তৌদব্রা হায়বসি মীচম্না খঙগদবনিনা লাশ্মীবু ব্রায়েন্দে হায়না মীয়াম্না লোই। অসিগুম্বা লাশ্মীদা Case তৌবা য়াদবগী হক লৈবসি AFSPA কী Section 6 নদি অমুক্তা হেন্না কম্না লাশ্মীসিংদা পি।

অসুম্না লাশ্মীনা মীওইবগী হক মাংহনবদী মখোয়গী মথক্তা কেস তৌবা য়াদবা অসিনা মখোয়বু মীওইবগী হক খোংগাউননবা পুক্নিং থৌগৎলি। Amnesty International না Burundi (Africa) দা লাশ্মীনা মীচম ১০০০ হেন্না হাৎখিবগী মতাংদা মখাগী অসুম্না হায়খি, "The Failure to identify those responsible for human rights violations and bring them to justice has meant that members of the security forces continue to believe that they are above the law and can violate human rights with impunity." মসিমক মনিপুর অমসুং অরাং-নোংপোক লমদমদা থোক্লিবনি, ঙসিসু Armed Forces কী মীহাৎ লেপখিরোই। চৎথখিগনি। মনোরমা ১০০/১০০ থোরকথিনি। ইন্দিয়া মনুংদা মীওইবগী হক কন্নবগীদমক The Protection of Human Rights Act, 1993 সেমখি। Act অসিগী মতুং ইন্না India পুম্নমকী ওইবা National Human Right Commission অমা অমসুং State সিংগীসু State Human Rights Commission সিং সেম্বা য়াবগী পাঙ্গল পিরি। Commission সিং অসিগী মথৌদি মীওইবগী হক মাংহনবগী ব্লাকৎ তাবা অমসুং মদু কোক্লবা তৌবনি। অদুবু Act অসিগী Article 19 গী মতুং ইন্না Armed Forces কী মেম্বরসিংনা মীওইবগী হক মাংহল্লম্বগী ব্লাকৎ ওইরবদি মদু পাইখৎত্রিঙৈদা Central Government কী অয়াবা লৌগদবনি হায়রি। [The Protection of Human Rights Act.1993]

## Article 19. Procedure with Respect to Armed Forces:

1. Notwithstanding anything contained in this act, while dealing with complaints of violation of human rights by members of the armed forces, the Commission shall adopt the following procedure, namely:

(a) it may, either on its on motion or on receipt of a petition,seek a report from the Central Government:

(b) after the receipt of the report, it may either not proceed with the complaint or, as the case may be, make it recommendations to the Government.]

Central Government কী অয়াবা হায়বদুদি ফংলোইদবনিনা ঙসি ফাউবা State Human Rights Commission অমত্তনা Army গী মথক্তা Case তৌদ্রি।

UN Human Rights Committee না ১৯৯৭ তা Article 19 অসি লৌথোকউ হায়না Indian Government তা Recommend তৌখি। Amnesty International চপ মান্নবা Article 19 অসি লৌথোক্কদবনি হায়না India Government তা পাউতাক পিখি।

## Section 6 অমসুং International Human Rights Law :

The Armed Forces Special Powers Act, 1958 কী Section 6 না Universal Declaration of Human Rights কী Article 8 মশুম ওইনা থুগাইনবা হক লাম্লীসিংদা পিরি।

UDHR গী Article 8 না মীওই খুদিংমক্তা মঙোন্দা আইন্না নত্রগা Constitution না পিবা পিদবা য়াদবা হক (Fundamental Rights) অদু মৎপিত্রবদি মদুগীদমক মতিক চাবা ব্লায়েনসং (Tribunal) দা ব্লাকৎলগা চপ চাবা (Remedy) ব্লায়েন ফংবগী হক লৈ হায়রি। [UDHR, Article 8. Everyone has the right to an effective remedy by the competent national tribunals for acts of violating fundamental human rights granted to him by the constitution or by law.] অদুবু AFSPA কী Section 6 নদি Army না হক মৎপিরবদি ব্লাকৎপা য়াদে হায়রি। Central Government কী অয়াবা লৌরবদি য়াই হায়বদুদি তাং তৌবগী ব্লানি, কনানা করমনা Central Government কী অয়াবা লৌবিগদৌরিবনো?

International Covenant on Civil and Political Rights কী Article 2 (3) দা মী অমগী হক মৎপিরবদি মদু ব্লাকৎলগা ব্লায়েনবা অমসুং অচুম্বা ব্লায়েল (Effective Remedy) ফংহনগদবনি অমদি ব্লায়েন অদু ফংহন্নবসু কন্না হোৎনগদবনি হায়। [ICCPR Article 2 (3). Each State Party to the present Convenant undertakes:

(a) To ensure that any person whose rights or freedoms as herein recognized are violated shall have an effective remedy, not with standing that the violation has been committed by persons acting in an official capacity;

(b) To ensure that any person claiming such a remedy shall have his right there to determined by competent judicial administrative of legislative authorties, or by any other competent authority provided for by the legal system of the State , and to develop the possiblities of judicial remedy;

(c) To ensure that the competent authorities shall enforce such remedies when granted.]

ICCPR গী Article 2 (3) অসি AFSPA কী Section 6 না মপুং ফানা চৎনহল্লে। ১৯৯১ দা UNO গী Human Rights Committee না AFSPA কী Section 6 না ICCPR গী Article 2 থুগাইরে, Violate তৌরে হায়খি। Acting in an official capacity দা Violate তৌরবসু ব্লায়েন, effective remedy ফংগদবনি হায়রি। অদুবু AFSPA কী Section 6 নদি Armed Forces না Violate তৌরবদি remedy পিরোই হায়রি।

## AFSPA অমসুং Emergency :

International Covenant on Civil and Political Rights (ICCPR) না লৈপাক অমদা Emergency লৈরবা মতমদা মীওইবগী হক খরদি মৎপা য়াবগী Provision পিরি। পুম্নমক ICCPR গী Article 4 দা ইরি। অদুবু Emergency মতমদসু মৎপা য়াদবা হক (Non-derogable Rights) কয়ামরুম পিরি। Article 6 তা ইরিবা Right to life, Article 7 দা ইরিবা Right to human treatment, Article 8 কী Right against slavery, Article 18 গী Right to freedom of conscience কুম্বসিং অসিদি মৎপা য়ারোইদবা হকনি।

Indian Constitution দসু Emergency লাওথোকপা য়াবগী মচাক পিরি। Article 352(1) দা Emergency করম্না মওংদা অমদি করম্না ফিভমদা লাওথোক্কদগে হায়বদু ইরি। Emergency লৈরিঙেদা Part III দা ইরিবা Fundamental Rights সিং অদু Article 20 অমসুং Article

21 মতনা অতৈদি চংনহন্দনা থন্না য়াই হায়না Article 359 (1) দা ইরি। [Article 359 (1) Where Emergency is in operation, the President may by order declare that the right to move any court for the enforcement of such of the rights coffered by Part III (except articles 20 and 21) as may be mentioned in the order and all proceedings pending in any court for the enforcement of the rights so mentioned shall remain suspended for the period during which is in force or for such shorter period as may be specified in the order.]

Article অসিদা Emergency মনুংদা হক থরা মৎপদা Article 20 অমসুং 21 দা পিরিবদুদি মৎপা সুকয়া য়াদে হায়বসি 44 th Amendment Act, 1978 না হাপচনখিবনি। অদুবু AFSPA নদি Emergency মনুংদা ফাউবা মৎপা য়াদবা Article 20 অমসুং 21 গী হকসিং অসি মথৎলি। মরম অদুনা AFSPA অসি Emergency দগী হেন্না মীওইবগী হক নমথবা Act অমনি। UN Human Rights Committee (State of Emergency) না AFSPA অসি Emergency গা চপ মান্নে, মসি লোয়বা নায়দবা Emergency (Continuous State of Emergency) নি হায়খি।

তসেংবনি অরাং-নোংপোক লমদমদা ১৯৫৮ দগী অয়াম্বা মফমদা AFSPA -Emergengy অসি চলাইদুনা লৈরি। AFSPA গী Bill অসি পাস তৌনবা খন্নবদা AFSPA অসি Constitution দা Emergency লাউথোক্নবা পিরিবা Provision সিং অদুগী মতুং ইন্দনা Emergency লাউথোকপনি, মরম অদুনা Parliament না AFSPA অসি পাস তৌবা ঙমফম থোক্তে হায়না Dr. Krishnaswami না হায়খি। তসেংবনি Emergency লাউথোকপদি Parliament না মতম মতমগী ওইনা মদুগী মতাংদা খন্নদবা য়াদে। অদুবু AFSPA গী মতাংদদি Parliament না খন্নবা মথৌ তাদে।

Act অসি মতম কক্তনা পান্নবসু Parliament তা খন্নবা য়াদে। মসি মনিংথোংদগী অরানবা মওংদা লাওথোকপা Emergency মখল অমনি।

য়াম্না নোক্লিংবা অমদি ১৯৫৮ দা AFSPA কী Bill অদু খন্নবা মতমদা মতম অদুগী হোম মিনিষ্টর G.B. Pant না Emergency গা AFSPA গা খেন্নৈ। Emergency দদি Fundamental Rights কয়া মৎপা য়াই, AFSPA দদি মৎপা য়াদে হায়খি। অঙকপনি, হাংনিংবা হাংলু হায়বা Act অমা সেম্বা মতমদা হোম মিনিষ্টরনা Fundamental Rights অমত্তা মৎতে হায়খিবসি লৈতোন সরু পান্দে মতাঙম ঙাংবনি।

## AFSPA না মীওইবগী হক মৎপসিং:

অরাং-নোংপোক লমদমদা (হুজিক্কা কাশ্মীরদসু) মীওইবগী হক মৎপগী রারি অসিদি পুম্নমক ইগে হায়রবদি মহাভরততগী হেন্না সাংবা য়াই। অদুবু Act অসি কয়াম সাথিবগে হায়বদু খঙনবা অচৌ অচৌবা রাথোক খরদং পঞ্জরমগে:

১. ১৯৮৪ গী মার্চ তাং ৪ দা ইম্ফালগী হৈরাঙ্গোই থোংদা লম্পাক অমদা বোলিবোল টুর্নামেন্ট তৌরিঙৈদা অনকপা মফম অমদা লালহৌবা খরনা CRPF হাৎলমলগা নোংমৈ পুদুনা চৎখ্রে হায়বগীদমক লালহৌবসিংনা চৎপ্রবা মতুংদা বোল্লি টুর্নামেন্ট মফমদা নোংমৈ কাপসিনবদা মীচম ১৩ মফমদুমক্তদা সিখি।

২. ১৯৮৭ কী July থাগী তাং ১০ দা সেনাপটি গী ওইনামদা লৈবা AR গী Camp অমদা NSCN না লান্দারগা নোংমৈ ময়াম অমা পুখ্রে হায়বগীদমক কেম্প অদুদগী মিটর ৩০০/৪০০ লাপনা লৈবা খুন্দা লাক্লগা নোংমৈ পংকাপ্তা কাপ্নদা মীচম ১৫ সিখি, মী চা কয়া ফুখি, নুপী কয়া রেপ তৌখি।

৩. ১৯৯৩ গী মার্চ তাং ২৫ দা ইম্ফালগী তেরা কৈথেলদা লৈবা CRPF অনি লালহৌবসিংনা হাৎলগা চেনশ্লবা আ মতুংদা কৈথেলদা থোরক্লগা মীয়ামদা ওনসিল্লগা পংকাপ কাপ্নদা মীচম ৫ সিখি। কয়া অমনা সোকখি।

৪. ১৯৯৫ গী জনুৱারি তাং ৭ তা RMC (হজিক্তি RIMS কৌরে) হোস্পিটাল মমাংদা মথৌ তৌবা CRPF তা লালহৌবসিংনা এটেক তৌরগা মখোয়গী মী হাংথ্রবা মতুংদা অনকপদা লৈরম্বা মীচম কয়া পরেং লেংহল্লগা নোংমৈনা কাপথেক্লুনা হাৎখি। মদুদা মীচম, ওটো ড্রাইভর অমদি অরুনাচলদগী ডাক্তর তমজবা লাকপা মহৈরোই ১ য়াওনা মীচম ৯ সিখি।

৫. ১৯৯৯ গী ওক্তোবর তাং ৪ দা সুগুনু মনাক্কী তোনশেন লমথাইদা CRPF গাড়ি পরেং অমা লালহৌবসিংনা নোংমৈ কাপসিল্লগা চেনথ্রবা তুংদা CRPF সিং অদুনা মফম অদু তম্না থৌরকপা বস অমদা তোংলকপা মী মখৈ পরেং লেংহল্লগা কাপ্লদা মী ১০ খুদক্তা সিখি মদুগী মনুংদা মীথলগী মথৌ তৌবা চৎচবা Govt.গী থবক তৌবা অমা য়াওখি।

৬. ২০০০ গী নবেম্বর তাং অনিদা মালোমদা Assam Rifles কী গারি পরেং অমদা বোম অমা পোকথাইহন্দুনা লালহৌবসিংনা এটেক তৌখি। AR গী কনাসু করিসু সোকখিদে। অদুবু বোম পোকথাইফমদগী মিটর ৫০০ মুক লাপলগা লৈবা বস ঙাইফম অমদা লৈরম্বা মীচম ১০ পরেং লেংনা উপ্রাং হিপহল্লগা AR সিং অদুনা কাপ্লুনা হাৎখি। মদুদা চহি ৬০ সুরবী নুপী অমা অমসুং স্কুলগী মহৈরোই অমা Govt.গী থবক তৌবা অমা য়াওরি। নুমিৎ অদুদগী ঙসি ফাউবা ইরোম চনু সরমীলা কৌবী লৈসাবী ইনথৎলক্লিবী অইবী অমা AFSPA মনিপুরদগী লৌথোক্লিমখৈ চাক চাররোই হায়দুনা Hunger Strike তৌখিবদগী ঙসি ফাউবা নাতোন্দা নম্ফুদা চীঙ্লাক কাপসিন্দুনা হিংহল্লি।

৭. ২০০২ গী এপ্রিল তাং ৯ দা পাঙ্গৈ দা CRPF তা লালহৌবসিংনা এম্বুস তৌখি হায়বগীদমক লালহৌবসিং অদুনা চেনথ্রবা মতুংদা CRPF সিং অদুনা নাওরেম বিরহরী কলেজগী মহৈরোই চহি ১৮ সুরবী রোবিটা চনু অমসুং Brighter Academy গী মহৈরোই অসেম রোমাজিৎপু কাপতুনা হাৎখি।

৮. ২০০২ গী এপ্রিল ২২ /২৩ গী নুংদাং নোংয়াইদা BSF লৈফমদা লালহৌবসিংনা এটেক তৌরমলে হায়দুনা BSF না পংকাপ কাপ্লদা সুগুনু জৌ ভেং দা লৈবা A. Ngamlenthang চহি ৩৫ পা মাগী মচানুপী অনি, অমনা চহি ১০ অমনা চহি ৫ সুরবী অনিগা পুম্না সিখি।

৯. ২০০২ গী আগষ্ট তাং ২ দা Md. Jane Alam কৌবা চহি ২২ দা ঙাইরিবা চেনাইদা কম্পুটর তমজরিবা মহৈরোই অমবু AR সিংনা নুংথিল পোবোপতা কাপতুনা হাৎখি। মীয়াম তিনবা মফমদা হাৎপা নত্তনা ফারগা পুরগা থিবা ফংদনা মাংহনখিবগী মসিংসু য়াম্মী। মখোয়গী মনুংদা মরু ওইবদি মখাগী অসিনি;

1. Khaidem Budha Singh of Pungdongbam, ১৯৮৩ গী নবেম্বর ৬ তা ফাখি।
2. Chandam Chaoba of Pukhao.
3. C. Daniel, Head Master of Huining, Ukhrul 1982 গী March 10.
4. C. Paul, Assistant pastor, Huining of Ukhrul 1982 গী March 10.
5. Kangjam Loken Singh (21 years) 1980, Sept 23.
6. Thokchom Lokendra. (21 years) Sept.23, 1980.
7. M. Kaizala Paite, 1988, July 8.
8. R.S Issac Wugnhon Village Ukhrul.
9. Kingsutlin Kom (50)
10. Ng. Tompok.
11. N.S. John
12. Laishram Bijoy Kumar.
13. Yumlembam Sanamacha Singh.
14. Khundrakpam Boyai
15. Md. Tayeb Ali অমদি
16. Kshetrimayum Dhiren.

## AFSPA কী মতাংদা ভারতকী লুচিংবসিংগী ৱাখল্লোন ঃ

১৯৯৮ গী র্মাচ তাং ২১ দা মতমদুদা ইন্দিয়াগী দিফেন্স মিনিষ্টর ওইরম্মা George Fernandes না লাসহৌ থেংনবদা Army সিজিন্নিনিংদে হায়খি।

১৯৯৮ কী এপ্রিল তাং ৪ দা ইম্ফালদা George Fernandes মসামক্তা AFSPA, 1958 অসি লৌথোকনিংই হায়না ফোংদোকখি।

অদুবু হন্দক মনিপুরদা মনোরমা অমসুং জমখোলেট সিরবা মতুংদা AFSPA লৌথোকউ হায়না ২০০৪ গী আগষ্ট ১৩ দগী অকনবা মীয়ামগী চংসিল্লক্লিবা মতমদদি George Fernandes মসানা Act অসি লৌথোক্লবদি অরু অরুবা Problem কয়া হেন্না থোরক্কনি হায়খি।

হুজিক হুজিক ইন্দিয়াগী দিফেন্স মিনিষ্টর ওইরিবা প্রানাব মুর্খজ্জী না Act অসি মনিপুরদা দরকার লৈ হায়খি।

হোম মিনিষ্টর সিবরাজ পাটিলনদি Act অসি খরা সেমদোক্তুনা ময়াক খরা চমহনবা মথৌ তারবসু Act অসি মনিপুর অমদি অন্নাং-নোংপোক লমদমদগী লৌথোকলোই হায়খি।

ইন্দিয়ান র্আমীগী মকোক General, N.C. Vij অমসুং Director General of Military Operations, Lt, Gen A.S Bhay অনিনা ইন্দিয়াগী Cabinet Committee on Political Affairs কী মীফমদা মনিপুরদগী AFSPA অমসুং অসাম রাইফলস অনিমক লৌথোকপা ফত্তে হায়না মত পিখি।

L.K. Advani না হোম মিনিষ্টর ওইরিঙৈদদি Act অসি লৌথোকপদি লাইরদুনা Army না মথৌ তৌবদা মীওইবগী হক মৎপগী মরাল লৈরবদি মদু পুন্নমক কোকপিগদবনি হায়খি।

মাগী মত অসিদি AFSPA তা পিরিবা লান্মীগী পাজল অসি খরগা হেন্না পিনিংবগী মওংনি।

## AFSPA অমসুং মীচমগী ৱাখল্লোন ঃ

L. Punilkanta না E. Pao. Net তা কোংবা Article অমদা AFSPA অসি লোইলম লৈঙাক ওইবা Act নি হায়না অকনবা ৱাখল্লোন পীরি। মহাক্না মসিবু মাগী লোন্দাদা অসুম্না হায়, " A colonial treatment, indeed."

মনিপুরগী অচৌবা পুলিস ওফিসার John Shilshi না ইবা Article অমদা AFSPA না অরুবা Problem কয়া থোকহল্লি হায়। মানা ইরি, "The Army and the Paramilitary forces, these forces created more problem for the state civil administration instead of finding solution." লৈঙাকপা অমগী মীৎয়েংনি অচুম-অরানগী ৱাফম নত্তে।

Human Rights Activist অমসুং Fullbright fellow, Babloo Loitongbam না "The Act has failed to achieve its objective of deterring militancy. Militancy if ever has grown stronger since the Act was promulgated. It only adds to the cycle of violence." হায়না হায়খি হায়না The Statesman গী Corespondent, Yumnam Rupachandra না মাগী "Cycle of Violence" কৌবা অমদা ইরি।

অহল ওইরবা Politician, Lt Col (Retd) Haobam Bhubon না মীয়াম অসি AFSPA অসি ওকলে (the public had enough of AFSPA) হায়খি। মানা Act অসি লৌথোকলো হায়খি। মানা ইখি, "I recomment withdrawal of AFSPA."

মনিপুর য়ুনির্ভসিটি গী M. Dhaneswar না Act অসি খুদক্তা লৌথোক্কদবনি হায়খি। মানা Act অসি লৌথোক্কদবগী মরম ময়াম পিবদা মরু ওইবদি মখাগী অসিনি।

১. AFSPA না লালহৌবা নমথবা ঙমদ্রে; অহোইনদুম কনখৎহল্লে।

২. Act অসিদা মীওইবগী মীচৎ অমদি সক্তম লৈতে।

৩. Act অসি চহি ২৫ চলাইরে অদুবু Problem solve তৌবগী মহৎতা হেনগৎহল্লে।

৪. Act অসি লৌথোকপনা Army গী মাংদে হেন্না তোংগনি। Act অসিনা Army গী মরুপ সেন্নগী মহত্তা য়েক্লবা য়াম্না সেমলে।

৫. AFSPA লৌথোক্লগা Administration অসিদা সোহ্নরকপা করিসু লৈরোই।

মহাক্কী ৱাফম অসি য়াম্না মপুং ফাবা ৱারোলনি। অচুম্বা অসি ইন্দিয়াগী লীদরসিংনদি উগদৌবা মান্দে।

Dr. Sanajaoba গী মত তদি AFSPA অসিনা Indian army দা genocide তৌনবা পাঙ্গল পিবগী ৱাহল্লোক্তা ইবা থেংনৈ। মাগী মত তদি অৱাং-নোংপোক লমদমগী লালহৌ অসি লমদম অসিদা লৈরিবা ফুরুপসিংদা মসাগী ফংফম থোকপা হক, মসাগী মরাইবক মসানা সেমজবগী হক, Right to self-determination অদু পিদবদগী থোকপনি হায়। India না মলেমগী অহোংবা অসিদা অইংবা মরা চেৎপা পুরকপগী থৌদাং লৈ; অইংবা মরা চেৎপা পুরক্লবা তৌবগী থৌদাং অদু লৈপাক অসিনা লৈথোকপা য়ারোই হায়বগী মতাংদা মহাক্না মখাগী অসুম্না ফোংদোকই। "Just because India is having one of the largest army and special laws empowering the army to commit covert or, overt genocide, it does not waive its accountability towards the maintenance of peace and security in the world by resorting to naked state repression of the dependent populace" মীগী লোন্দা অসিনা তাকপদি AFSPA অসিনা Indian army দা ফোংনা অমসুং লোম্না অৱাং-নোংপোক লমদমদা genocide তৌনবা হক পিরে হায়নিংবনি হায়বসিদা চীংননিংঙাই লৈতে।

ৱারোইসিন ঃ

AFSPA অসি Martial law চলাইবগা চপ মান্নৈ। Indonesia দা অছে (Aech) লালহৌ নমথনবা হোৎনবদা Martial law চলাই। Martial law লৈবা লমদমদা মীওইবগী হক মাংহনবা অদুদগী ঐথোয়গী লমদম অমসুং কাশ্মীরদা মাংহনবনা হেল্লি।

AFSPAঅসি TADA অমদি POTA দগী হেন্না ময়াক কনবা Act নি। TADA দি মুথৎল্লে। হৌজিক লৈরিবা POTA অসিনা হৌখিবা চহি অনি অসিদা মরাল লৈতদবা মী কয়া ফাখ্রে অদুগা জেলদা থমগ্রে হায়। হৌখিবা জানুৱারি ১২ ফাউবদা ইন্দিয়া পুম্বদা মী ১৩৭৬ POTA গী মখাদা ফাখি। ঝরখান্দদদি POTA গী মখাদা ফাখিনি কিবদগী মী অয়াম্বনা ময়ুমদা তুম্নদ্রে হায়বগী পাও তারি। Gujarat তা মার্চ ১৪ ফাউবগী মনুংদা মী ২৮০ POTA গী মখাদা ফাই, মদুদা অয়াম্বনা মুসলিম ওইরম্মী হায়। মসিনি POTA গী অকিবা অসি। অদুবু AFSPA গী অকিবা অসিগা চাংদম্নরুরবদি POTA গী অকিবদি করিসু নত্তে। POTA না ফানিংবা ফাবা য়াই হায়বনি, মদুগী কিবনি। AFSPA তি হাৎনিংবা হাৎপা য়াই হায়বনি।

POTA বু কা হেনবা Act নি মুৎথৎকনি হায়রগা AFSPA পুদি দরকার লৈ হায়বসি UPA সরকারগী অঙকপা অমনি। নত্রগা AFSPA দি লোইলমদা পানবা Act নি হায়গদৌরিব্রা? L.Punilkanta গী ৱা অদু চুমগদৌরিব্রা?

লালহৌবা লৈবা Northern Ireland দসু লাম্মী লৈ। অদুবু NI দা লৈবা বৃটিস লাম্নীদি মী হাৎনিংবা হাৎপা ওক্লগী পাঙ্গল পিদে। The Northern Ireland (Emergency Provisions) Act অমসুং The prevention of Terrorism (Temporary Provisions) Act না লাম্নীদা পিবা পাঙ্গল অসি ফাবা থক্তগী পাঙ্গল পি। ঐথোয়গীদি হাৎপগী পাঙ্গল পীরিবনি। ফাবসু নুমিৎ তরেৎনিথক্তং Court তা পুথোক্তনা থমলুবদা European Court of Human Rights না বৃটিস লাম্নীনা European Human Rights

